# "নুপী লাল"



এমং বীরমঙ্গল

নাট্য বিশারদ

# "নুপী লাল"

১৯৩৯ ইং তাং ১২ । ১২ । পূং ১২ তাবা,

লৈবাকপোকপা মুমীৎ

এমঃ বীরমঙ্গল

নাট্য বিশারদ

মমল লুপা ১০.০০

# হায়জবা

"মুপী লাল" হায়বা লিলা লাইব্রিক অসি তাং ২২।৬।৭৩ ইংদা বাবানা ইবা লোইরগা রূপমহলগী মেম্বরশিংনা লিলা ওইনা শামবা য়ানবা মওংদা শেম্নীহুনা ইহান হাক্না শাম্বীখি মথংদা মুপী লাল নিংশিং মুমিং পাল্লগা মরী লৈননা উংপিখি।

মনিপুর স্টেট কলা একাদেমীনা ১৯৭৪ - ৭৫ ইংগী লাইব্রিক ফোংবগী মতেং পীবীখি। অমাবদি লাইব্রিক অসি ফোংলমদনা বাবা নোঙাখি। কাইনথংদা মরামগী মতেংদগী লিলা লাইব্রিক অমা ওইনা ফোংজবা ঙমজবনি। অদান অসোই পুষা পুকচেল চাওবা, চাওবীশিংগী থাকপী-রবা থৌজাল্লা থাকপীয়ু।

এম: কুমারজিৎ।

তাং ১০।১২।৮৪ ইং

# শক্তম

## লৈমরোল

১। শ্রীমতি অরিবম চাওবীতোন দেবী।
২। ,, লোইতাম তোম্বীমচা দেবী।
৩। ,, ব্রহ্মচারীময়ুম খম্বী দেবী।
৪। ,, লৈরেন দেবী।
৫। খুম্বোংময়ুম জাতি দেবী।
৬। শ্রীমতি তোম্বো দেবী [ অতোন খোম্বী ]।
৭। ,, শবী দেবী।
৮। ,, খোংনাং দেবী।
৯। ,, রজনি দেবী।
১০। ,, তায়েঞ্জম অঙৌবী দেবী।
১১। ,, লিসম ইবেম্মা দেবী। ফুবা অমসুং সক্রিয়া
১২। ,, থুমুকচম য়াইমবী দেবী। শোকপদা য়ায়্না থিনা
শিবা য়ানা শোকপা
১৩। ,, খোইরেম থরোশংবী দেবা
মচা নুপা চন্দ্রকুমার শোক্লনা।
১৪। মীতৈ লৈমা জন্তুবী অমা।
১৫। কৈথেল নুপী ময়াম।

## মিপাশিং

১। লৌমীশিং ; অমসুং যলগাড়ী থৌবাশিং।
২। ব্রাহ্মন অমা।

৩। মাররারি মচা অমা।

৪। লাকপা।

৫। প্রেসিডেন্ট—ছোট সাহেব, টি এ. সার্প, আই. সি. এস.
চহি ৩০ রোম শুবা।

৬। সিভিল সার্জন—মেজর পিঃ ঐইচঃ কুম্মিন্স।

৭। বৃটিস কমান্দেন্ট—ফোর্থ অসাম রাইফল।

৮। বলিরাম বাবু। (বরুরা) পিঃ এঃ গী পুলিস ইন্সপেক্টর।

৯। সেপিন

১০। নেপালি সিপাই খরা।

১১। শ্রীলাইশ্রম কুলবিধু।

১২। শ্রীলোংজম বীজয় সিংহ।

১৩। শ্রীএল খগেন্দ্রজিৎ সিংহ।

১৪। শ্রীলাইশ্রম কহ্নাই সিংহ।

১৫। শ্রীপিঃ তোমাল সিংহ।

১৬। শ্রীহিজম ইরাবত সিংহ, চহি ৪৩ শুরবা।

১৭। এসঃ সাইঃ অমা

১৮। কোম্নেৎ অঙাংবা পুলিস খরা।

১৯। শ্রীলাইশ্রম মেরা সিংহ।

২০। তোম্বী সুবেদার—মনিপুর রাইফল।

২১। মনিপুর রাইফলগী সিফাই খরা।

২২। থুলগী লিপাশিং।

২৩। কাদোক খরা।

২৪। জেলর।

২৫। বার্ডর অনি।

# ১বা উৎপা

## ইং কুমজা ১৯৩৯গী
## "খুল্লক লৈরক"

অকল ওইরবী শেগাইনা মোংলবা ফীজোল শেংপী লুপী অমনা চৈগু শুহুনা থুমুক মচা অমা পায়হুনা মায়া রনা লাক্লগা উগোং অমদা ভাহুনা কয়গা পোথারি।

মখোং লৈখোয়া য়োয়বা খুদৈ তাখংনা শেংলবা যল-গাড়ী থীবা নিপা অহুমা মনঙ্গন্দা ফৌ বোড়া পুহুনা হঙ্গং হন্দা হোল্ল হে ল্লহনা যল গাড়ীদা হাপলি।

চন্দান ভৌনা পাক্লা থিনবা, শিখাদা লৈ চাওনা থেংপা ব্রাহ্মন অমনা লাইরিক অমদি ছাটিন নাকন্দা য়েপলগা পরপ পরপ লাত্তুনা কম্লিবী লুপী অহু নেংভৌগুম চংলগা লম্বী মতাইদা লেপতুনা য়েংনা—

ইস্ - লৈখোম মতা অসিদে, হরে হরে রাধেশ্যাম গৌর। হো গৌরতোনবী! তাদ্রবরা নংবো? হো গৌরতোন! ও — ঐদি তাদ্রবরা হায়হুনা -

গৌর — ( খুনা থোয়ত্তুমা ব্রাহ্মনগী মখোং শোক্ল খুরমহুনা )

অজা! লেংবিরকপা কয়া কুইরবা?

ব্রাহ্মন – অয়ুস্মন মঙ্গল ওইয়ু। কুইদ্রি অতো! নংগী চংফম লম্বী অসিদি থিনা লৈখোম থোক্লম্মেদা ?

গৌর · অজ্ঞা! হন্দক নোং খরা চুখিবগা ষল ময়ামগী হঙ্গং হন্দা লানফম ওইনা হেক তৌরদনা -

ব্রাহ্মন – উম্ নং উনরবনিনা খুল মনুংদা চংদ্রবস্তু য়ারে: নখোই খুলগী অমাং অশেংগী রাকম অহুদি কমদৌরে হা অতো ?

গৌর – ননাই ঐখোই খুলগী য়ুমথাং খুদিংনা উচিন নাচিন লুপা ৮৩।.৩ পাই (লুপা মরিফুঙমদোই শিকিগা পাই অহুম) য়াম্না রানা থাইগংনজহনা ব্রহ্মসভাদা কংচখরে ননাই ঐখোইগী খুলসিদি সেংজরে।

ব্রাহ্মন – ফরেদা অতো শ্রীকৃষ্ণগী পেন্নবগীদমক্তনি। নখোইগী খুলনা শেংলবদি ইপাস্সু চংনিংলক্লে। কুইরে নখোইগী খুলনা "চন্দোল শেনখাই" পিদ্রিবা। ফো·চেংনা অাংবা অসিগা, য়ুমথোং খুদিংগী পৈশা খর খরগা, ফো লাইতং লাইতংগা নখোইনা উমজবা খরা কংচবা অহু ইপা য়াম্না দরকার ওইরে। শ্রীগোবিন্দগী সেবা হন্দক্তি য়াম্না য়ারে। নমা থোরানীগী মতৌবু ইপা য়েংবা উমদ্রে। কৈথেন হেক কাজরুই চেং য়ানবা ফংদ্রে হেক হল্লকই শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদি অংপা য়াদেদো – মীওান্দগী চেং ফো পুমনবনা য়ুমদা লৈবা য়াদ্রহনা ইপা চেল্লক্লবনি। চংসি অতো!

(মফি তাখংলি)

গৌর— এ: এ: অজ্ঞা! লৈংশনবীবা তারবদি ননাই
থৌগল ফংজগে।

(খুরুম্নগ: মতুং ওন্থোক্লুনা পোনবা তৌই)

ব্রাহ্মন— অঁং অঁং — অতো নং ইপাবু পোশমগে হায়রব্রা?

গৌর— অজ্ঞা লেংখংপীসি — লৈখোম মতা অসিদা—
লেংশনবদি — ননাই থৌগল ফংজগে।

ব্রাহ্মন— নংনা তৌজবা পাপ পুম্নমক কোকচরোহে অতো!
[পোত্নুনা মকোক্কা মখুংনা শাংনা নাম্বৌদুনা পুশনখ্রে।]

[ফিজোন শুনা শেংপা মারৱারি মচা অমবু লৌমী
নিপা অমনা পোরগা ফো হোল্লম্বা লৌমী নিপা অমনা
একাগাড়ী লেংথোং নাত্নুনা থোরক্লগা—]

লৌমী— মহাজন বাবু! মীতৈ এখোইনা হিংজরিবা বাবু-
খোইগী মপান্ননিদো কদায়দগীনো অফাওবী মীতৈ
সুপী খরনা ফো গাড়ী ফাবনে করিনে হেক তৌবদগী
বাবুমচানা ব্রারে মথৈ সি তান্না হেক লেংঙক্লেদো।

মারৱারি— থারো থারো য়ারে।

[থাত্নুনা মারৱারি মফি মরোল শেমজল্লী একাগাড়ীস্তু
থাত্নুনা কম্থোকই।]

লৌমী— ননাই ঐখোইগী ফৌসিদি, মমলদি করা পীবীগদবা
বাবুমচা?

মারৱারি— মমলদি — হোব্রেন নখোইনা হুকান্দা মলগাড়ী

থুংলরগা—গুদামদা হোঙনবা লোয়রগা কৌ থম্বদা মাংগদবা উচিখাংনা চিংবগী হিসাব কায়রগা মমলদি বড়বাবুনা পাদিদগী মরাইনা লেপচগনি।

লৌমী— হোরেন বাবুখোইনা লৌবিরোই হায়বীরবদি ?

মাররারি— মতুদি ঐখোইদা নত্তে নখোইদা লৈজরে। বড়বাবুগী হুকুম নখোইনা ইনজরবদা কোরিগী ঐখোইনা লৌবীরোই হায়বীনি ?

লৌমী— ঐখোই ইঙনি, করিগী ইঙরোই ? অদুবু বাবুমচানা অমসু অমসু য়েংবীহুনা ফননবা শিনবীরম্ম্।

মাররারি— নখোই খরা য়াম্না থেংনা মলগাড়ী থৌরক্লবা তৌবা কৈ। হায়রুগ্গা তৌনু ঐসু চংনবা তৌগে। গাড়ী কোদ য় ?

লৌমী— ঐখোই অসি ফাওবা খিন্দোকচগে। বাবুমচা রুকম অমতগা হঙ্গংচহৌগে ?

মাররারি— কোরিনো ?

লৌমী- হোরেন লমখাংদা ফান পুরবা থোক্লুনা থানাকা য়োনরবদি ননাই ঐখোইদি ?

মাররারি— হাঁ হাঁ পাংখ্রদা নখোইসে। নখোইগী মণিপুরগী আইন পাম্বরিবা সরকারগী অচৌবা অপিকপা অফিসারশিং ঐখোইগী—কুরিংখাও—(কুরিংখাওদা মখুং থিংজন্দুনা উংলগা) পোকেট অসিদা হাপচিনবা ওম্বা ঐখোইনি। নখোই ভাব তাদে ?

লৌমী—বাবুম্। লৈংবীসি— [চংখ্রে ইরুখ্রে]

[ নিপা অনিগী খুংকী দোলায়দা লাকপা মখুত্তা চৈস্ত পায়না তোংহুনা, নিপা অমনা বেদিং মকোক থোংহুনা পুরগা মখুংনা ঙাজাও অমা য়ান্দুনা লাক্লগা – ]

লাকপা— নিংথৌ ঙস্না অঙস্না লাকপা ঐনা ঙসি ইম্ফাল কানি খংলবা মক্তদা নখোইগী খুলগী মীয়াম্না হৌ হৌ তৌদবা, মী ইউ উদবা নখোই খরতনা অততাইগুম তৌরিবা অসি করিগীনোহে ?

নিপা– ননাই ঐখোইগী খুল অসি মওং অমা তৌগ্রে অজ্ঞা ইবুংঙো ।

লাকপা – কৈদৌরবা ?

নিপা– হিজম ইরাবত মেম্বর খংবীরিনিনা ?

লাকপা - মাবুদি ঐদি করি খংদনি । হাইস – ব্লারে ঙহাক্তং থাওহে ঐ ব্লাবনা লোইরে সিরাইদা অমুক্তা ঙাইহাক্তংহুম পোথাগে ।

[থাহুনা চৈশু নিপাশিংদা পাইহন্দুনা পোংনা তিংলি য়াংলিহুনা – ]

ইস্ - স্থুংঙাইহে -

নিপা অমা– তোম্বা ! খুদা অমতা থৌরাং তৌ ।

( তোম্বনা বেডিংদগী ফী লৌথোক্কে তৌই । )

লাকপা – হৈ ! লৌথোকউরন্নু বেডিংহু অহুম থাওহে ঙহাক্তং-হুম ফমগে ।

( তোম্বা কিনা বেডিং ফম্নবা থারগা খুরমহুনা মখুং লোম্না লোম্নন। থৌগলহুনা লৈ, লাকপা ফমহুনা – )

নংনা ইরাবত মেম্বরবু হংখিবত্থ করিগীনো হা ?

নিপা অমা— অজ্ঞা ইবুংঙো ! মাগী কাংবুনি হায়হুনা ননাই-
শিং খল্লা ননাই ঐখোইগী খুল অসিদা লৈরি ।
মখোইনা ঐখোইগী খুল অসি খাবৈ খারা শাহুনা
ওৎপদা ননাই ঐখোই খাংবা ঙমদ্রে ।

লাকপা — উঁ কৈদৌরিবা ?

নিপা - ননাই ঐখোইনা হঙ্গৎচগদবা কিত্থম কিজ্জে ।

লাকপা — পাও তম্ববু কৈদৌগেনে ঐনা হায়যু হায়রিদনা হে !

নিপা - ননাইশিংনা হায়রিবা — পিয়ন, আমিন, লাকপনা
চিংবগী য়াইরেক, শঙ্খি চাক থাক — য়াওকুমু, তৌরুম্ন !
পোথাং, বেগার, দোলায়লেং পুরুম্নু । খেরা লানবদা
সেন পিরুম্নু নমহুনা লাল্লু । লৌমীনা লৌগী মপুনি.
মমলস্থু লৌমীনা লেপকদবনি । সের ৪০ না মন শারগা
উতোং ৬৪ গী সংবাইদা লৌশান তমগদবনি । লৌশানস্থু
হেন্না তম্বা য়ারোই । লৌশিংপগী থাজনাস্থু পিরোইদবনি ।
পাট্টা মনুংদা হৌবা তেরা মপু ঐখোইগীনি । অসিদা
নত্তনা ধর্ম্মগী ফাওবদা —
চন্দোন্ সেনখাই খায়রুম্নু । অমাং অশেং মাংউম্নু ।
চীং তম জাতী, বিজাতী অমতনি । লৌয়াম চাবা থম্মোই,
লৌমী শিনমীদ লূট তৌরিবা কাংবু তুমনা মাংহন্দুনা
লাইর- ইনাকখুনবা কনাগী অচৌবা মচা চপ মান্নন্না তেমগ-
দবনি । য়ামখ্রেদা অজ্ঞা ইবুংঙো ! হঙ্গৎপদা ঙসি হয়েং
লোয়বা য়াবা রাফম নত্রে ।

লাকপা—হাঁ হাঁ হাঁ মমংদা শন্নরিক শিবা। মংদা মংগ্রা তানবা হায়বতুনি। মুথন তংনবা ফুরগা জেলদা কোক্। ফন মরাইবক করম্বা ইরাবতনি, কদোমদগীমো মীনা ফংন-দ্রবা পঙ্গায় মেম্বরগী ফম্ কোক্ হেক থাদোক্লুনা, ফর ফরবা মফী মরোন্ ফাওবা লোইনা মৈদা থাদোকপ্রে হায়ব্রা—রাখল খরা চোইবা মীওই ওইপ্রে। ময়ুমদা ফাও ঙহাক্তা লৈতা ঙাওচংনহুনা হৌজিকসু কাছারদা লৈপ্রি হায়ব্রা—

নিপা—ও: অহুননিদনা—ফনা কুইরে ননাইহু উদ্রে হায়বো।

লাকপা—মতমসি ফনা থেংজল্লক্লেহে চংনবা তৌসি।

( হৌগংলি )

নিপা—ননাইশিং দোলায়গা অথেনপোংশিং অহুগসু য়োরক্লনি ঙহাক্লংদি—

লাকপা—হরা চাবোইনা সুম থোংনা ঙাই ঙাইহুনা চংলসি। হায় বুহু! ঙাহু ঙসাই মথৈ পায়দি পায়দনা লৈবাক্লা গুন্দোক্লুনা থম্মীবোইরে নংদে? নং ননা তাদ্রা? কৈথেন্দা চেং ফংনদবদি লায়বু লায়রি—ঙায়োনবা কানরক্লহুনা ঙা চাবা ফংদ্রে ননাহু তাদ্রা? তোংেন ঙাহু মশা নারম্মবদি—গন্ধা ঙানা হেম্না মমল য়াম্বা নং থংনি

[ চৈনা মথুন্দা কল্লি ]

হায় নখোই য়ুম্না তাও! নখোইনা হেক হনথিবগা য়ুমথোং খুদিংগী লুপা ৫/৫ খ য়হুনা হংচিং কাওবগী মনুংদা পুল্লপা—য়ুমদা চৌকিদারবু থিগহল্লক্লুনা নখোইগী অজ্ঞাসিংগী মথৃওা য়োহনগদবনি। সোইরবদি—নখোইগী থুল অমি

ঠিক তৌগনি খংজো ।

[ফন্দুনা চংখ্রে ময়াম বিনা বেডিং, ঙা পুন্থদা হাথুনা ইল্লখ্রে ]

নুপী অমা মখুৎ অনিনা মচিন ঙাক্তুনা –

তাবিয়ু– মায়কৈ অসোমদা লৈবিরিবা কৈথেন পাও তাবা ফংবীহৌদবা ইমা-ইবেন,ইচে - ইচন পুয়মক ! হয়েংদি নুপী পুন্বা পুন্না হৌতুনা–“ফৌ চেং তাংতুনা চরা হেন্নরিবা” অসি কোক্লনবা দরবারদা রাকৎপা পুন্না চংকনি । ঙস্তা ঙস্তানা খ্বাইরম্বন কৈথেন্দা লোইনা তিনবীরো– সোইবা য়াদে, সোইবা য়াদে । চংহৌদবা লাকহৌদবা নুপী য়াও রবদি নুপী ময়াম চংতুনা খুঙ্গোইননি —

কৈদোরে ! ইমাদি ঙমদ্রবনা ?

হন্নুবী— ইবেম্মা ! ইমা কোক ঙাওতুনা পোথারম্বনি । কৈথেন কারুবদগী চেং ফংদতুনা হল্লকপদা, চরা কেনবগা অহল ওইবগা খরা রারে চৎপা ঙমদ্রে ।

নুপী- য়ুম য়োঁদোদি কয়া রাংলি ? ঐ থিল্লমগে চংসি ।

হন্নুবী - থাপত্রে খুন মচিন অসিদনি ইমা ওয়ি । ঙহাক পোত্থাবদা উইরুরত্রা কৈনো মং ওই তাইবং ওই – ফন কুইরে ইমানা অঙকপা কয়া উরম্বা ; মংদা ফাওবা ইমাবু কনা হয়া য়েংবীনবা কৈত্রে । নং হেক লাকপদা মিকপ থোক্লি । নংনা হেজিক লাওখিবা—“চরা কেনবা কোক্লবা” হায়বতুবু ইমাস্তু খরা য়াজওগে নতুং ইনগে । (তৌগতুনা ) চংসি ইবেম্মা !

নুপী – হয়েংনি ইমা ! ইমাদি য়াওবীদ্রবস্নু য়ানি । য়াম্না ৱানা উরে য়ুমদা হনবীরো ।

হনুবী —য়ুমদা চংলগা কৈদৌরুনি । চরা হেলহৌরবা ইচাশিংগীদমক লমখাংদা শিরবস্নু শিত্রসনু লাও চংসি ইবেম্ম নতুং ইনগে ।

( চিংহুনা পুখ্রে । )

## ২বা উৎপা

## "দরবার হোল"

থোং লোনশন্দুনা য়াম্না চিক্লা লৈ ।

নুপী ময়াম—

মৈ মস্মিংভৈদগী মপান্দা হন্না লাওহুনা—

দরবারগী থোং—হাংদোকউ ।

ঐখোইগী ৱাকং—লৌবীয়ু ।

হৌজিকমক হুকুম—পিবীয়ু ।

( শ্রীমতি চাওবীতোন দেবী থোংদা ভানা তারম্বদগী চংফম কোয়না য়েংলম্লগা মনিংলোমদা থুনা চংগ্রে । )

কৈথেন্দা চেং—ফংনদ্রে ।

প্রজা মীয়াম—চবা হেল্লে।
মণিপুর লৈবাক চাক তাংলে
স্না লৈবাক—চাবা ফংদ্রে।
ফো চেং - উবা ফংদ্রে।

(চাওবীতোম্বা দরবারগী থোং হাংদোক্লকুনা থোংজিন্দা লেপ্লগা)—

ইমা ইবেন, ইচন ইচে পুম্নমক! অমুক্তা তাবীয়ো।
নুপী ঐখোই মম্নাম্না থোং হাংদোকপীয়ু হায়জবা য়াবীদবা, ঐনা মনিংথোংদা নমদুনা চংবদা দরবার হোল মনুং অসিদা মেম্বর কনাসু লৈরমদ্রে সাহেব মথক্তা তুমিন্না ফমদুনা লৈরে। থোং অসি হাংদোকপীয়ু হায়বসু য়াদে, ঐনা নমদুনা হাংবনি। মেম্বরশিং "নিজ গারদ" লোমদা চংখিবা উরে—ইচে তোঙ্গোগা ইবেম্মা শবীগা অনিনা নুপী থরগা লোয়নদুনা মেম্বরসিং অসে তাম্নবীরো। ফাদুনা—নুপী ময়াম লৈবা মফম অসিদা নমদুনা পুরকুবা তৌবীরো।

নুপী ময়াম - তাল্লো তাল্লো—ফাদুনা পুরকও ফাদুনা পুরকও। য়াম্মেম বন্ধু থোরকুনা—

ইবেম্মা চাওবীতোন! ভাইহাক্তা ভাইখো - নংনা থোংসু হাংদোক্লে – সাহেবকা লোইননা য়াম্না তপ্না থম্নসি। অমুক্তা ইংনা লৈখো নুপী ময়ামসে লাংদনবা শিল্ল। য়াম্না চুমদে।

চাওবীতোন - করি রানোদা তাইবুংডো বন্ধু ! মণিপুরগী কাচিন্ কেইয়া মক্ষম খুদিংদা ফৌ চেং রানবা ফংনদ্রবদুনা রা রা লাওরবা মতম অসিদা অঙম্বশিংনা ভুমিন্না লৈথোক্ল-গা, চবা হেল্লবা প্রজা ঐখোইনা লাংবা চুমদে হায়রিসিবু। লাল্লিবা চুমদ্রিবদি মখোই নত্রা ?

তোম্বীমচা (থোরক্লুনা তারম্বদগী) মানি চুমদ্রে, য়াম্না লাল্লবনি। পোইম্নু মতমদা মণিপুরগী কৈথেল্দা ফৌ চেং মেরুক অমা ফাও রানবা ফংনরক্রে অসিদা অঙম্বশিংনা খংশন্নদা লৈবদি কনানা মানি রানিংদে।

খম্বী – (থোরক্লুনা তারম্বদগী) মসিদি অঙম্বশিংনা হান্না তৌক্ষম থোকপনিনা। কৈথেল ফম্বী ঐখোইনা, ঐগী ঐগী লৈজবা খরা য়োঞ্জদুনা, সেল খরা খরা তাঞ্জরগা, চেং রান্দুনা হাতে হাতে চাজবাশিংনা কৈথেন্দা চেং রানবা ফৌ রানবা ফংনদ্রে – হায়রজক্ষম থোকপদা রাকংচবা, ঐখোই নুপীময়াম হৌদুনা লাকচরবা ফাওবদা, তৌরিবা মতৌ অসিবু কররিনো ?

অঙৌবী - (থোরক্লুনা তারম্বদগী) থৌরানী খম্বী ! মতৌ অসে—অনৌবা মতৌ নত্তে, অনৌবা মওংস্নু নত্তে। মখোইগী হৌনশা - মহাজন, কারবাররালা, সেঞ্জাও পায়রশিংনা ফৌ চেং পুম্না রানশিল্লগা, মণিপুরগী চিঞ্জাক পোথোক পুম্নমক্—ময়াংনা লোইনা হেক পায়শল্লিবসে

মখোয়না শিল্লিবনি। ময়াংনা মরম্মাইগুম খুসিনা তৌরিবা কারবার অসে দরবারগী হুকুমননি মখোই মনুংদা য়াও-রিবনি। থবক অসি কাইদনবা তৌরিবনে।

নুপী ময়াম—মানি, মানি মখোই অমতনি।

লৈমা ঐখোইনা হায়রিবা লাওরিবসিবু সাহেবনবু তাবীরিব্রো? মশাস্থু য়াওদে।

নুপীশিং - মনুং চংউ মশাদা হায়নৌ কনা কনানো চংও চংও -

চাওবীতোন ঐখোইদা করি চংনি লোয়না চংসি লাও।

নুপী ময়াম পুল্লপনা হৌদুনা চংগে তৌবদা বক্সুনা খাম্ল থত্তুনা—

বক্সু - শাওখিনু ইবেম্মখোই শাওখিনু। মরম পুম্নমক অসে দরবারনা ওমদে। শ্রীযুৎ মহারাজ য়াওদনা মেম্বরশিংনা খুসি তৌবা য়াদে। মহারাজনা নবদ্বিপ্পুগী লেংলকপা ফাওবদং ঙাইনবা তারি ত্তপথখো -

চাওবীতোন - করি হায়বা তাইবুংঙো বক্সু! ঐখোয়না রাকং চবগী হুকুম ওসি সোইদনা খংজগনি হায়দুনা, নুপী ময়াম্ন চাদা থক্তামখৈ ওস্তানা ন্দুংশা ফৌদুনা ঙাইনরগা - ঙাইখো ত্তপথখো - ?

তোম্বাসচা - ওসাই ওস্তানা খংহনবীবসু নত্তা - মপান্দা লৈরিব নুপী ময়াম অসিনা য়ারোই। য়াফম থোক্রে -

নুপী ময়াম—য়াদে য়াদে কনাস্ু য়ারোই। সাহেবকা ঙাংনৌ সাহেবকা ঙাংনরো।

বন্ধু—ইবেম্মখোই! হৌজিক্তি মেম্বর পুম্নমকসু চংত্রে সাহেব মথন্তা মঙাইরে অতুনা কান্নদ্রে। হল্লো—হল্লো।

নুপী ময়াম—কান্নদবা য়ারোই। ঐখোই হল্লোই হল্লোই।

চাওবীতোন—ঐখোইবু করিস্ু নৈতবী নুপীনি হায়তুনা থোক তৌবদি য়ারোই।

[ লিংশন্দুনা চংত্রে ]

তোম্বীমচা—অরাবা কোকপীনবা রাকৎচবা লাক্লগা হায়জফম থোকপা নৈবাক্কী মপী মপা ওইবশিংনা নুপী ময়ামগী অপাম্বা, প্রজা মীয়ামগী কান্নবা খজিক্তা ফাওবা খনবিদবা, মহারাজদা থাজিন্দুনা মহারাজগী হুকুম ঙাইবা ঐখোই ঙম্মোই।

খম্বী—দায়ি খংদব। সাহেবকী মী ঐখোই খংদে। দায়ি পুম্নমক সাহেবনা পুগদবনি। হৌজিকমক নুপী ঐখোই ময়ামগী অপাম্বসি সাহেবপু হুকুম তৌহনগদবনি।

বন্ধু—মহারাজগী হুকুম য়াওদ্রবদি সাহেবনসু ঙমদে। সাহেবনা ঙমগদবা অতোপ্পা নখোইনা পাম্বা অমা তপ্পা তানৌ।

তোম্বীমচা—ঙরাংনা—হয়েং—ঙসিনা অমুক তপনা—মণিপুরগী ফিভমনা অসুক য়াম্না হেনজনখ্রবদা ঙসি হয়েং কান্নদ্রে হৌজিকমক ঙাংনগদবনি।

বন্ধু — ইবেম্মখোই নখোইগী রাফমশিং অসিদি হৌজিক্কী হৌজিকমক্তা -

[ চাওবীতোন্না সাহেবকী মখুদাং পায়হনা চিংলক্লগা থোং-জিন্দা লেপহন্দুনা — ]

চাওবীতোন - সাহেব লেংথোকপিরক্লে ময়াম্না অপাম্বা হঙ্গং-পিরো ?

তোম্বীমচা - করিগীনো সাহেব ! ঐখোইনা তানজরিবা দাবীগী হুকুম পিবীবগী মহুংতা মেম্বর পুম্নমক কায়হনা চংনখ্রিবা ?

খম্বী - মসি থোক্লবা সাহেবমক্না শিনবিরিবা করিগীনো ? সাহেবনু খংবীদ্রিবরা ? মণিপুরগী চহি অমগী ফোথোক্না চহি অওম চানবা কোম্নবা, ফো শংবাইদা ( ।/. ) শিকি পৈশা মরিনা কোম্বনা ফংনরম্বা । লুপা ১গী ফো শংবাই ৪/৫ রানশিল্লগা অরাবা খংভমদবা । নুমিং খরম্বী মনুংদা ফো শংবাইদা লুপা ২ হেন্না জর জর হায়গৎলক্কুনা পোইন্নু থা অসিদা ফো মরু অমা ফাওবা উবা ফংনদা, পোইনুদা চরা হেন্নরে । ইকং যোকখিবস্থু নত্তবা, — লৈবাক্কী ওইবা চাওরবা থৌদোক অসিদা সাহেব মক্না তুমিন্না খংশন্নদা লৈবিরিবা অসিবু করিগীনো ?

লৈমা — খরা মুম্না খন্থবীয়ু সাহেব ! মণিপুরগী ফিভম অসি য়াম্না হেক্কনগ্রবনি । য়াম্না রানা শুজ নোমজহনা মখুত্তা সেন খরদং পায়জরবস্থু চাদবা য়াদ্রবা চেং ফো লৈবা

ফংনদ্রে । মমলস্ যাম্না কেরা রাংখংগ্রে । নোংমগী মনুংদা চারা নামা ফাওবা চাবা ফংদনা, চরা হেন্নবনা নমলবনি । অসিগী মথক্তা খন্দুনা য়েংবীয়ু সাহেব ! লৈনবা পোংস্সু ফংদবা, লৈননবা পৈশাস্সু লৈনদ্রবনি । ফৌ চেং নোংমা নোংমগী হেন্না তাংলকপনা থা অমা চংনগদবা শেনস্সু নুমিৎ তরানিদা লোয়শনদ্রবনি । অসিদা সাহেবখোয়না অহৃগা অদাগা, করিগীনো সাহেবখোয়না মীনুংশি অস্সুক য়াম্না খংবীদ্রিবা অসিবো ?

খডৌবী – তুমিন্না লৈবীয়ু সাহেব ! রাফম অসি তংাইনা লৌবীয়ু । হোজিক্তা মতমদা ফৌ-চেংনা মকুনি । হৌজিক মণিপুরদা চলাইরিবা চেং তকফম মিল ১৮ অসিনা মরম ওইহনা প্রজাশিং চরা হেল্লে । মসিদা সাহেবখোয়না মীরৈবাক মচা ময়াং ইনাকখুনবা খর অসি ঙাক্লবা লৈবদি মণিপুর প্রজা কনাস্সু য়াবোই । ময়াম কনবা খনবীহৌ সাহেব ! ( ডাক্তর সাহেব থুনা চংলক্লুনা ছোট সাহেবতা সলাম তৌরগা লোয়নদুনা দরবার হোল মনুংদা চংদুনা ফমখ্রে । বন্ধুস্সু ইল্লখ্রে । )

তোম্বীমচা – কমদৌসি হায়রবগে ? মহারাজনা নবদ্বীপ্তগী লেংলকপা ফাওদ্রংদি ঙায়বনি হায়না নুপী ময়ামসি ঙাংনস্রিরা ?

নুপী ১মা – মহু য়ারোই !

নুপী ২বা – উম্ থাজদে !

নুপী ৩বা—য়ানরোই, য়ানি হায়বা ঙমদে ।

নুপী ৪বা—অহুদি করম তৌসিগে ?

চাওবীতোন— সাহেবনা হুকুম পিবা ঙমদ্রবদি হৌজিকমক মহারাজগী মফমদা টেলিগ্রাম তৌবীহুনা নুপী এখোই ময়ামা রাকৎচরিবা অসিগী মরম খংহনবিরো। হৌজিকমক মহারাজগী স্না য়াথং টেলিগ্রাম ওইনা খংহনবীগদবনী –

নুপীশিং - ফরে মহু ফরে, অসিমক হায়নরসি।

চাওবীতোন - ময়াম পুম্নমক ! অমুক্তা তাবীয়ো – মহারাজগী স্না য়াথং নত্তনা সাহেবনা হুকুম পিবা ঙমদ্রে । সাহেবপু টেলি তৌহন্দুনা মহারাজগী হুকুম লৌতনবা তারিয়ে

নুপী ময়াম মপান্দগী — ফরে ফরে হৌজিকমক টেলিগ্রাম তৌহল্লো ।

নুপীশিং থোংজিন্দা চংশিন্দুনা লেপ্লগা —

সাহেবনা হুকুম পিবা ঙমদ্রবদি সাহেবনা মহারাজদা টেলিগ্রাম তৌবিরো-মহারাজগী হুকুম হৌজিকমক লৌবিরো

চাওবীতোন - লেংলসি সাহেব টেলি তৌবিরো ।

( সাহেবনা তাশন্নদা খাংহুনা লৈবা উবদা নুপীশিং খাংচো শংহুনা শাওনা দরবার হোল মপুংদা চংশিনখ্রে । দাবী ময়াম লাওখি । )

## ৩বা উৎপা

## "টেলিগ্রাম অফিস মমাং"

### ১৯৩৯ ইং তাং ১২ থা ১২ পুং ১২

### লৈবাকপোকপা মুমিৎ

মীতৈ চনুরাশিং — শ্রীমতি অরিবম চাওবীতোন দেবী, লোইতাম তোম্বীমচা দেবী, ব্রহ্মচারিময়ুম থম্বী দেবী, তোঙ্গো দেবী, শবী দেবী, খোংনাং দেবী, রজনি দেবী, অঙৌবী দেবী, ইবেঙ্গন দেবী, য়াইমবী দেবী, তোলপিশক দেবী, জাতি দেবী, ইবেমচা দেবী, বিধুম্না দেবী, থম্বালঙৌ দেবী, ইবেতোন দেবী, শকহেনম্না দেবী, লৈরেন দেবী, অঙাংজাওবী দেবী, খোংনু দেবী, তোম্বী দেবী, চন্দ্রমুখী দেবী, চাওবী দেবী, অমুবী দেবী, থম্বাল দেবী, ইবেয়াইমা দেবী, থাবল দেবী, নুপীমচা দেবী, কৈনা দেবী, ইবেমনী দেবী, লক্ষ্মী দেবী, বিনোদিনী দেবী, তিঙ্গোং দেবী, তম্ফা দেবী, চাওবীহন দেবী, পিশক দেবী, অমুবী দেবী, অনৌবী দেবী, তোলহাইবী দেবী, মুখী দেবী, সনাতোম্বী দেবী, লৈবাক্লৈ দেবী, কুমারি দেবী, শিজ দেবী, মেরা দেবী, তোনু দেবী, মালিকা দেবী, থম্বাললৈ দেবী, খুমললৈ দেবী, কোন্দোম্লৈ দেবী, অঙৌমচা দেবী, থরোশংবী দেবী মচানুপা নরা-চন্দ্রকুমার পোড়না অসিনাচিংবা —

মীতৈ নুপীময়ামগী অমত্তা ওইবা খোল্লাওনা অথাপ্পদগী নকশল্লক্লুনা —

মপান্দা চেং — থাবীনু ।
কোলদা চেং — তকপীনু ।
চেংগী কোল — থম্বীনু ।
নুপী ঐখোইনা — শুজগে ।
লায়রবা প্রজা - চাবা ফংদ্রে ।
চাক তাংলে — চরা হেল্লে ।

হন্না হন্না লাওহুনা শ্রীমতী অরীবম চাওবীতোন দেবী লোইতাম তোম্বীমচা দেবী, ব্রহ্মচারীময়ুম থম্বী দেবী, মোংজম লৈমা, তাম্বেঞ্জম অঙৌবী দেবীনচিংবী নুপীশিংনা মণিপুর দরবারগী প্রেসিডেন্ট টি. এ. সার্প ছোট সাহেবপু কোয়শিন্দুনা মফুরিৎ শেগায়হুনা মনা পান্না চিংদুনা ইন্দুনা পুশল্লকপদা সিভিল সার্জন মেজর পি এইচ. কুম্মিঙ্গনা ইন্নরক্লুনা —

সার্জন— নখোই নুপী ময়াম্না সাহেবপু কোয়শিন্দুনা কারে. মাবু সিদা পুরে, নখোই ক্রি পাম্বা সাহেবনা হংবীরে ?

চাওবীতোন — করিনোনে সাহেব ! মণিপুর শিনবা থুংনা মণিপুরগী কাচিন কোইয়া মফম থুদিংমক্তা চেং কৌ রানথ ফংনদ্রে । রান শুজ নোমজহুনা চরা নোংখম্নদা পানজব —সেঙ্গাও পায়বা মহাজনশিংগী চেং তকপা কোল ১৮ না ক্কৌ মথ নোংমা নোংমগী মমল হেঙ্গৎ হেঙ্গৎনা পুম পুম্না রানশিন্দুনা পৈ পৈহুনা থমজিল্লগা তকখোক্লুনা

মণিপুরম থাংমদা চেং মখ থাদোকখিবদা নত্তুনা চেংজোই কাওবা লোইনা পৈশনখিত্নুনা লোইনা চরা হেন্নরে ।
অসিগীদমক – নোংমা নোংমগী থাইরম্বন্দ কৈথেলদা লৈজ লৈজবা পোথশিং য়োজরগা নোংমগী চানবা তাঞ্জবা ইমা ইবেল পুন্নমক্না ঈরাই মুমিত্তগী ঙসি মঙানি কৈথেল লেপতুনা চাদ থক্তা লৈবাক হোনা তিন্নহুনা অফিস খুদিং চংজবা, হায়জকম থোকপদা হায়জবদা থৌ রা ওইনা লৌখীদবা —মপী মপা ওইরিবা সাহেবতা লৈবাক্না লাওজরিবা 'সিনি হায়বা সাহেবস্থু থংবিদ্রি ?
তোম্বীমচা রা মাম্না কান্নদে থৌরানী চাওবীতোন ! ঙরাং সাহেবনা -"ঙসিদি দরবার মেম্বর পুন্নমক অমতা লৈত্রে ইথত্তা মঙাইরে হয়েং লৈবাকপোকপা তাং ১২ অয়ুক পুং ৮ তাবা মতমদা কারকউ "—হায়বীত্নুনা ঙরাং চাদ থক্তা থেংঙেমথৈ ঙায়জরগা প্রজা ইমা ইবেল পুন্নমক কান্নদা অরেম্বদা লোইনা হন্নরে । ঙসিনা অমুক সাহেবনা –"নখোই করি পাম্ব" হায়রিসিবু করিগীনো ?
খম্বা – থংজমদবা য়াংরাই –সাহেবকী মাথং মতুং ইমা ঙসি লৈবাকপোকপা তাং ১২ সিস্থ অয়ুক পুং ৮ তাদ্রিঙৈ দা মমাংদগী লৈবাকী ইমা ইবেলশিং পুন্নমক দরবার হোল মমাংদা চোন্না তিলহল্লে, অতুগা অফিস মতম ওইরকপদদা দরবার মেম্বর পুন্নমকস্থ লেংবিরক্লনা, সাহেবকা দরবার হোল মমুংদা থোং লোনশিন্দুনা ফমথিন্নরে । ঐখোইনা

হায়জরিবা হুকুম হায়দোকপিরকত্রা হায়তুনা মতম কুইনা নুংশা কৌতুনা ঙাইজবা – মজা ইবুংঙো স্না য়াইমতদি "স্কুলগী থবক অথুবা অমা লৈরে" হায়বীরম্মগা লেংগ্রে। ঙাইখৈ ঙাইজরগা মেম্বর অতেনা চিকমাং চিকমাং মাংনগ্রে অসিবু করি ধর্ম্মনো সাহেব ? করি ধর্ম্ম কৌবগে ? ধর্ম্ম অবতার হায়বদু অসিরো ?

অঙৌবী – মখোইনবু করিগী ধর্ম্ম ধর্ম্মী – করিগীনো সাহেব ! মণিপুরগী নুপী ময়াম ঐখোইনা তানজরীবা, হায়জরীবগী হুকুম পিবীবগী মহুত্তা মেম্বর পুম্নমক্তা মখোইগী তৌকম থোকপা মথৌ তৌবীদা ওন্না তেনবদা মেম্বর পুম্নমক লোইনা কায় কায়তুনা চেন্নখিবা ?

নৈমা – লাওনিং'খৈ লাওজৌ. হায়নিং খৈ হায়জৌ তাগদবা ঐখোইনা তাবীদ্রগা লোয়রে হায়রিনিদনা।

ময়াম – মতুদি য়ারোই য়ারোই – ঐখোই নুপী ময়ামগী অপুনবা রাকৎ খোল্লাও তাবীয়ু সাহেব !

চাওবীতোন – হায়বীয়ু সাহেব ; হৌখিবদি হৌগ্রে, ঙসিদি প্রজা ইমা ইবেলশিং ময়াম অসি মেন্ অমা তাদনা হনসি হায়বা য়ানররোই মতম অসিস্তু নুমিৎ য়ুংগদৌরে

ময়াম – হল্লরোই য়ুমদ হল্লতুনা কেদৌনি ? ঐখোই হল্লরোই – মরোল অমা থংগ্রিমখৈ হল্লরোই।

নুপী ১মা – চানিংঙাইস্তু নৈতা, হেনবগী হেনবা –

নুপী ২বা – ইশা চাজদবদি লাইথোক্লতুনা ইচা ইশু থাকপা ঙমদ্রবা কান্নদ্রবা মমা ঐখোইনি –

নুপী ৩বা—ঙমদনবা শিল্লিবনে, চাবা ফংদবনা চদংনরবা লাইরবা অজাশিংগী মীকপ মীরাওখোম্না মাইকৈ শিল্লবা মতম অসি ফাওবদ। তাশন্নদা খংশন্নদা উশন্নদনা লৈবা ঙমলিবা লৈবাক্কী অঙম্বশিংননি। পুম্নমক 'সি সাহেবনা শিল্লিবনি।

ময়াম—মানি, মানি, মানি,—সাহেবনা ঙাক্কনি।

নুপী ৪বা— ইমা ইবেল পুম্নমক অমুক্তা তাবীয়ু - ঐখোইনা রারিবা লাইনা নত্তে - মখোইতনা শিন্দুনা থোকহনবনি লাইনা নত্তে। অঙম্বশিংনা ললোনবা সেঙ্গাও পায়বা মহাজনশিংগা লৌতুনহুনা খুংশেম্না চেং, ফৌ তাংহনবনি। খুংশেমগী চাক তাংবা থোক্কুনা প্রজা চরা হেলহনবনি। চাক তাংবক্তা নঙুনা কৈথেলদা ফৌ চেং মরু অমক্তা তাহন্দা চোইনা খরা খরা রানজবা ফাওবা ফংদনবা মখোইতনা শিল্লিবনি। লাইরবা ঐখোইগী ঈ চুপ্পা, ঈ লৌবা ঙম্না মহা পাপি হিংচাবা ঙাক্কনি।

ময়াম --কান্নদে কান্নদে সাহেব! হৌজিকমক নুপী ঐখোই ময়ামগী মমাংদ।-"মপাম্দা চেং থাবা থিংঙু, হৌজিকমক হুকুম তৌ"।

প্রেসিডেন্ট — There were some man inciting the women crowd.

সার্জন - এস নখোই নুপী ময়াম্না লাওবা নখোইনা ঙাংবা সাহেব লোইনা তারে, পুম্নমক লোইনা খংলে। উম্— নখোই নুপীনা ক্রিগী অস্তুক য়াম্না লাংলিবদি ক্রিগীনো? নখোইদা নিপা কনা কনানা ইনশিল্লি?

চাওবীতোন – হাঁ হাঁ সাহেব ! নখোই সাহেবনা ঐখোই নুপীদি অপংবানি ইনশিনবা মী য়াওরমগনি হায়না নিংলিবা অহ্ অরানবনি সাহেব ! কনানসু ঐখোইদা ইনশিনবা লৈতে। চানবা লৈত্রবা, চাবা ফংত্রবা লাইরবী প্রজা নুপী, ইমা ইবেন, ইচিন ইনাওশিং অসি অরাম খোঙাংবনা লমজিংহ্নবা অপং অশিংগী রা নত্তনা হায়জকম থোকপা, লাওকম থোকপা, রাকংকম থোকপা মফমদা চংজবনি। অসিগী মথক্তা সাহেব! মণিপুরদি নুপীনা নোমলগা চাবনি অহ্না চাবা থকপা মতাংদা শোক্রক্লবদি মশানা অপংবা ওইবা য়াদবনি। সাহেব নখোইদি হায়রিবা মওং অসিদদি পংলমগনি, সাহেব নখোইগুম্বা তলব য়াম্না চাওনা চাওনা চাহ্না রাস্তা পাদনা লৈবশিংনদি করিস্থ খংফম থোক্কে। নখোইদি–সেল য়াম্না ফংনবা তলব চাওনা চাননবা রাখলদা য়াম্না শিংজবনি। মরম 'সিদদি সাহেব খোইদি করিমত্তা খংবীদ্রেনে ?

সার্জন—নো, নো, কনাস্থ মহ্ থাজবা ডম্মোই, শোইদনা ইনশিনবা নিপাশিং য়াওরমগনি, মহ্ শেংনা হায়দোকউ।

চাওবীতোন – উম্ – সাহেবকী থাজদবা মতৌ উরে। করে সাহেব ! সাহেবখোইনা থাজদ্রবনিনা ইনশিনবা মীশক শিংদো লোংপা য়াদ্রে হায়দোকপা তারে, ঐ হায়দোক্লগে মুম্না তারো সাহেব !

সার্জন – এস – ফৈ – নখোইগী সাহেবনা য়াম্না তানিংই।

চাওবীতোন ঐখোইদা ইনশিনবা মীশক্তি—সাহেব মশামকা মহারাজগনি সাহেব। সাহেবকা মহারজগা অনিনা শাসন, পুবদা মতিক চাদবনা লাইরবা প্রজাশিংগী অরাবা খংবীদনা, সেন্তাও পায়বা মহাজনশিংতবু য়োকখংপিবদগী ওসিগী থোকুলিবা থৌদোক অসি থোকলিবনি। অতোপ্পা কনা অমত্তনা ইনশিনদে। মরম অসিদগী সাহেবকা মহারাজগনা ইনশিনবনি হায়রিবা 'সিনি অতুনা সাহেব! লাইরবা প্রজাশিংগী য়াম্না চম্বা রাকংচবসি তাবীয়ু, অচৌবা রাথোক ওইননবা শিনবীনু পুম্নমক ছোট সাহেবনা ফননবা শিল্লু।

প্রেসিদেন্ট—I can't, Darbar can not order to stop the export of rice. Raja Sahab is not in Manipur, now. Maharajah now staying at Nabadwip. I shall seek the order of the Maharajah.

সার্জন—সাহেবনা—"ঐনা ওমদে দরবারত্তনা চেং থাবা থিংবগী হুকুম তৌবা ঙমদে, হৌজিক মণিপুরদা রাজা সাহেব লৈতে, মহারাজদি নবদ্বিপতা লৈরি. মহারাজগী হুকুম লৌখিগে হায়রি—

চাওবীতোন—সাহেবনা হুকুম পীবা ঙমদ্রবদি— করিগীনো নহান্না কোক্ হায়দোকপীদনা— "ওসিদি দরবার মেম্বর পুম্নমক অমত্তা লৈত্রে ইথত্তা মঙাইরে অতুনা কান্নত্রে, হন্নেং লৈবাক-পোকপা তাং ১২ অয়ুক অঙনবদা কারকউ" হায়বীহুনা

ঙসি লৈবাক্কী ইমা ইবেল পুম্নমক অয়ুক পুং ৮ দগী দরবার হোল মমাংদা চোম্না তিঞ্জরে। ঙসিনা ঐখোইনা তাঞ্জরিবা দাবীগী হুকুম পীবিবগী মহুত্তা মখোই মশেল লৌতুনহুনা দরবার মেম্বর পুম্নমক হুরানবদৌনা লোম্না লোম্না চেন্নখ্রে। হৌজিক্তা সাহেবনা অমুক—"ঐনা ঙমদে দরবারনা হুকুম তৌবা ঙমদে, মহারাজদগী হুকুম লৌখিগে।" আ - অহুগা অদাগা - কাম্নদে সাহেব –

তোম্বীমচা— কান্নদে কান্নদে মতমদা হৌননবা নোংম নোংমা লেন্নবনি –

ময়াম—মানি, মানি, কান্নদ্রে, কান্নদ্রে সাহেবনা হুকুম পীবা ঙমদ্রবনিনা মহারাজগী মফমদা টেলিগ্রাম তৌবীরো - পনবীরনো –

প্রেসিডেণ্ট— It is too late. I will send telegram. ( So you ) go back.

সার্জন—ফরে, নখোইনা পাম্বা মরোল অহু সাহেবনা টেলিগ্রাম তৌবীখিনি, নখোইপুম্বা হল্লো সাহেব খানা চাবা মতম ওইরে।

চাওবীতোন - করি ৱানো সাহেব! ইমা ইবেল ইচিন ইনাও পুম্নমকসি হল্লো হায়বা য়ারোই। ঐখোইনা ৱাকংচবা য়াবা মরোল পুম্নমক মহারাজগী মফমদা টেলিগ্রাম ওইনা ৱাকংচগ্রসি হায়হুনা নুপী ঐখোই ময়াম্না সাহেবপু ফাহুনা টেলিগ্রাম অফিস 'সি তান্‌না পুরক্লিবা 'সিনি।

ময়াম – হল্লোই ঐখোই হল্লোই, ঐখোই চৎলোই । সাহেব নশামক্পা হৌজিকমক ইবীগদবনি, সাহেব নশামক্পা টেলি-গ্রামস্থ তৌবীগদবনি ।

সার্জেন – হাঁ – নখোইনা সাহেবপু থাজদে ? নখোই ময়ামগী মচুং শিনবা কনানো ? মুপী অমা মাগা লোইননা চৎসি, নখোই ময়াম ব্রানবনি, অরেম্বদা ময়াম লৈবা করি কাৈ ?

ময়াম – থাজদে থাজদে হায়শিন্নরিবনি, টেলিগ্রাম তৌগদবা নত্তে, মফমসিদগী নাম্থোক্তুনা চৎখিনবা হায়রিবনি ।

তোম্বীমচা – করিগীনো সাহেবনা – ঐখোইনা পাম্বা মরোল পুম্নমক ইবীদুনা টেলিগ্রাম তৌবীরগা মহারাজগী মফমদা হায়বীগে হায়রস্থ য়াবীরবদা অদুগা অদাগা হায়দুনা করিগী অমুক পন্থনবা তৌরিবনো ? টেলিগ্রাম তৌ-বীগনি হায়বতু হৌজিকমক তৌবীরো সাহেব ! মফম 'সিদগী করিগী অমুক চৎকনি ?

মুপী শরা – তৌরোইদবগী মতাং তৌশিন্নরিবনি । চৎপা য়ারোই সাহেব চৎপা য়ারোই ।

লৈমা – সাহেবনা খাংইবা 'সিবু করিগীনো ? প্রজা ঐখোইগী মপী মপা ওইবীরিবা মহারাজগী মফমদা ঐখোইগী রাকৎচরিবা অসি খংহনবীরো, মহারাজনা লেংলক্লিঙৈগী মমাংদা হৌজিক খুদক অসিদা মহারাজগী ম্না য়াথং টেলিগ্রাম 'ওইনা হল্লক্তুনা খংহনবীরকবা তৌবীয়ু ।

মরোল হল্লক্লিফাওবা সাহেবনা ঙাইরীগদবনি ।

নুপী ময়াম – মানি, মানি, ঙসি মরোল্ অমা খংহন্দবা য়ারোই য়াগ্নোই ।

সার্জন – বখোই অমনা অমা হায়রে, অমনা অমা হায়রে কনাগী মরা লৌনি ? সাহেব করম খংনি ?

চাওবীতোন ইমা ইবেল, ইচন ইচে পুন্নমক ! অমুক্না ভুখিন্না তাবিয়ু করিগুম্বা রাকম অমত্তা হায়জগে (ময়ামে অমগা অমগা রা ঙাংনহুনা লাংলম্বা হন্না হন্না হায়বদগী ভুখিন্না লৈনরবদা – )

ময়াম পুন্নমক তাবিয়ু—সাহেবসে ঐখোই ময়ামনা হায়রিবা রা অসি টেলিগ্রাম তৌবদা রা লৌফম খংদহনা য়াদ্রে । মহাক্না য়াদ্রিবসি টেলিগ্রাম অফিসতা সাহেবকা ঐহাক য়াওনা চংগে । ময়ামনা থাজদে চেনখিনি হায়বদো অফিসকী অকোইবদা পরেং শানা কোয়বীরো অহ ওইরবদি ময়ামনা য়াবিরগদ্রা ?

ময়াম – য়ারে য়ারে য়ারে ।

চাওবীতোন – সাহেব টেলিগ্রাম তৌনবা তৌবীরো ঐ ময়ামনা পাম্নিবা মরোল পুন্নমক সাহেবতা হায়জগে । অা—

সার্জন – Sir, it will be better to go inside the Telegraph office.

[ সাহেব অনিমক টেলিগ্রাম অফিসতা চংলি । ]

চাওবীতোন – ইচে 'ম্মা লোম্বীমচা, থম্বী! নৈমা, অঙৌবীগা লোম্বননা ময়ামগী মনিং থুংনবা শিল্লো।

[ সাহেবকী মতুং পবপ পরপ ইম্নহুনা অফিস মনুংদা সাহেবক। লোম্বননা চংগ্রে। শ্রীমতী তোঙ্গৌ দেবী, শবা লেবা হাথুনা চংলকুনা — ]

তাঙ্গৌ—সাহেব চংগ্রবরা ইবেম্মা অঙৌবী ?

অঙৌবী—চত্রি ইচে। অফিস মনুংদা টেলিগ্রাম তৌনবা লৈরি। শবী থৌরানী চাওবীতোম উদেনা কাদায় চংগ্রে ?

থম্বী – লৈ, সাহেবকী মনাক্তা লৈহুনা টেলিগ্রাম তৌনবা হোৎনরি। মেম্বরশিংদি কমদৌরে তানব কংগ্রবয়া ? ইবেম্মা তোঙ্গৌ ?

তাঙ্গৌ—চিন পেম্নবদা তারে – সরাইজম স্নাজাওবানে, লাইরেন ইবুংঙোহন, সঙ্গেম্বম নঙ্গিয়াগা মথোই মেম্বর অচুমনা দরবার হোলগী মনিংথংবা মাইকৈদা লোয়া থোকখিহুনা "নিজশারদ" লোমদা চেনখিবা অতুদা লুপী ময়ামগা ফি শেত্তবা রাহৈনা. য়াম্না খিনা চৈ থাংনা তানব কংগ্রে। মনিঙ্গা মেম্বরদি রাওদে হায়না খিনবদা – মাদি লোয়া লিখহোৎহুনা দরবার হোলগী অরাংথংবারোমদা লোক্তুনা নৈরে হায়নরকুনা ময়াম্না কোইখি খিবু কংগ্রে। ময়াম চংহুনা তপ্ তানা খিরে মথৈ চৈময়গা লাক্লিবসিনি।

লোম্বীমচা – মঙ্গা ইবুংঙো ম্না য়াইমদি ?

তাঙ্গৌ – মাদি অঙনবদা ময়ামদা "কুলগী অরুবা থবক অমা লৈরে"

হায়রম্মগা চংখিবহ্ লৈথোক্লুনা হান্না চেনগ্রবনি, অহুম হল্লক্রে।

খম্বী সাহেবতগী মরমাইদা তারে, মথোইতগা সাহেবতগী হেন্না মকী মরোন শেংলিবাশিংহ্ লোয়না শেগায়হুনা মুল্লগা, মনা অনি অনি অহু পায়হুনা নুপী ময়াম চংহুনা চিংলক্লবদি, অহুতদা হেক পেন্নগদবনিদা।

শবী—মখোইগী মতো অসি থোয়ানী খম্বী ঐখোইগী মহুংদা লাইশাবী নুপী য়াওনরেকো নুপী ময়ামগী অমত্তা ওইবা মওং অসি তৌগদৌরে হায়বা পাও অসি অঙম্বশিংনা হান্না শোয়দনা কংলবনি, ঐখোইগীসে কায়ননবা শিনবা য়াওরে!

খম্বী—ইবেম্মা শবী! থোকখিবা থোদোকশিং অহুদদি খোই-দোক্লা অকায়বা উদে, পুকনিং নুংঙাইখিদবগী বাঙনি, অদুনা ঐখোইবু থবক্তগী মাই লৈহনবদি মতিক নত্তে। নংনা "নুপী লাইশাবী মহুংদা য়াওরে" নিংলিবহ্ ঐদি নুপীদি থাজদে—তম্নলাই শাবা নিপাহুম ওইরমগনিকো: কনা কনানো লাকইবাসিবো?

[ বৃটিশ গভর্ণমেন্ট কোর্থ অসাম রাইফলগী কমান্দেন্ট সাহেব মেজর বুলফিল্দগা শ্রীবলিরাম বাবু পি.এ. গী পুলিস ইন্স-পেক্টরগনা সেপিন অমগা নেপালি সিপাই নোংমৈ পায়বা অমগা লোয়ননা চংলক্লুনা টেলিগ্রাফ অফিসগী থোং ময়াদা সলাম তৌরগা লেপ্লুনা লৈ, লৈন্না ফিংনা মপান্দ থোকখি। ]

চাওবীতোন— ( থোরক্লুনা ) ময়াম প্রুমমক তাবীয়ু – প্রজাগী য়াথং ওইবা টেলিগ্রাম ময়োল সাহেব মশামক্তা ইরি।

তোম্বীমচা– ইবেম্মা চাওবীতোন ! কনা কনানো সাহেবকী মনাক্তা লাকইবশিং অদুবো ? মশক থংব্রা ?

চাওবীতোন – অসাম রাইফলগী কমান্দিং সাহেব ওইরমাল্লে, অমসিদি কসরীগী ডারোগা বলিরাম বাবুনি, মখোই অনিগা লোয়নরক্লিবা অনিসিদি চুমগী সিপাই ওইরমাল্লে।

তাম্বীমচা উং – করিগীনো মখোইনা তফিং তফিংনকা লাক্লুনা ঐখোই ময়াম্স মুঙা মুন্না য়েংল্লয়গা চিবোন চিবোনকা ডাংনহুনা সাহেবক্তী মনাক্তা পরপ পরপ চংখ্রিসিবো ?

চাওবীতোন – থংদে করিগীনো সাহেব অনিদি করি হায়নরিনো বেদ্রেং বেদ্রেং য়াম্না ডাংনহৌই। ( মপান লোমদা য়েংলগা ) মপান্দস্থ লুপী ময়ামগী মনাক্তা নোংমৈ পায়বা সিপাই য়াম্না লৈনা ? অসিস্থ মখোইগা লোইনরকপরা ?

লুপীশিং – (মপান্দা য়েংহুনা ) ওইবা তায়, নেপালি সিপাই ডাক্ত ওইরমাল্লে। নোংমৈস্থ লোয়না পায়, মখোইন্না লাকইবসিব করিগীনো ?

লৈমা – ( থিংনা চংলক্লুনা ) ইবেম্মখোই মখোইগী ইরাংসিদি মতা অমনি। অচৌবশিং সিগা লোয়নরকপা নেপালি সিপাই ২৫ থক ঐখোই লুপী ময়াম্স য়েংলমলগা থুনা হনখি, ইকুই কুইদনা ডহাক লৈরগা থুরে মখোই লিক্তাক ৫০ ফমুক লাক্লুনা লৈরিনিব্রু, ঐখোইদা কদোগে হায়রিনো ?

চাওবীতোন - হুঁম - চিংননিংঙাই ওইবা ফিবম অমনি। অা মপান্দা লুচিংলিবীশিং তাবিয়ো - খোংনাং, রজনি মুখী, অমুবী, কবোকৈল, লৈবাকলৈ, অনৌবী, ইবেমচা, স্নাতোম্বী, সনসম কৈমা, খুমুকচম্ য়াইমবী, ইবেঞ্জন, কুমারীনচিংবীনা ইমা ইবেল মম্নাম অসি অরেম্বা কান্নদবদা লাংহন্দুনা খুদোংথিবা থোক্লনবা খরা চেকশন্না শেন্নবীয়ো।

প্রেসিডেণ্ট—[ অইবা টেলিগ্রাম চে পায়না সার্জনগা থোরক্লুনা ]

সার্জন - নখোইগী টেলিগ্রাম ইবা লোইরে, চে অসি কনাগী মথুত্তা পিনি? কনানো লৌররো।

চাওবীতোন - ঐখোইনা চে লৌরগা টেলিগ্রাম তৌগদবা নত্তে, সাহেবনা তৌবীগদবনি। মরোল হন্নকপা সাহেবনা ঙাই-বীরগা ঐখোইদা সাহেবনা হুকুম হায়দোকপিগদবনি।

লুপীশিং — মানি - সাহেবনা পুম্নমক কনবা তৌবীগদবনি, ঐখোইদি সাহেবকী হুকুম ঙাক্লবতনি।

সার্জন — ( ঙহাক খল্লগা ) টেলিগ্রাম মরোলসি য়াম্না য়াম্ব, ৎিপ্লাইগীস্ নু য়াওনা রুপা ৩৭॥৹ চংনি পৈশা পিরো।

( লুপীশিংনা অমগা অমগা য়েংনৈ )

তোম্বীমচা—ঐখোইবু পৈশা য়াওনবা য়াওবিব্রো?

খম্বী - কদারদগী অস্থক য়াম্বা পৈশাবু, পাই নাতংপী অমা কাওবা য়াওদে।

তোঙ্গৌ - মসুংঙা লৈরিবা ঐখোইগী মরুকম্ নু পৈশা য়াওবা

মুপী য়াওত্রে, মপান্দ লমজাও সোরোক্তা লাংলি লাওরিবা মুপী ময়াম মরক্তা কনাগুরী পৈশা য়াওব্রা হঙ্গব্রা ? কমদোসি হায়বগে ?

অঙৌবী – থাজদে – তানজা অসিদা – চাদবনা চরি চদংনররবী মুপী কনানমু অস্মুক য়াম্বা পৈশা য়াওবী মুপী য়াওরম-গবনো, কয়াদ মুরবা তানজানো ?

নৈমা – ফরেনে – উপায় নৈত্তে – করম তৌসি হায়বগে ?

চাওবীতোন - সাহেব ! সাহেবখোইস্নু মণিপুরদা নৈরবনি মণি-পুর প্রজা ওইরবনি । মুপী ঐখোই উপায় নৈত্তে, অচংবা পৈশা পুয়মকস্নু সাহেবনা পুখোকউ ।

প্রেসিডেন্ট – What they say ?

সার্জন – No help, Sir, they urge your honour to bear expence.

প্রেসিডেন্ট – ( With Smile ) Well, I will send Telegram to Raja Sahab. Some of you come to-morrow morning at my Bunglow and will see the reply. You go now along with the'e women.

সার্জন সাহেবনা য়াবীরে য়াম্না ফরে, মানা কৃপা ৩৭।। পুখোক্কনা রাজা সাহেবন্তা টেলিগ্রাম তৌনি । হয়েং অমুক অঙনবদা নখোই থরা সাহেবকী বঙ্গলোদা লাকউ মসিগী মরোল থংনি । নখোইনা মুপী ময়াম পুহনা হৌজিক চৎলো।

[ সাহেব অনিয়ুক টেলিগ্রাম অফিস মনুংদা চংল্লে ]

তোম্বীমচা—কমদোসি হায়বা ?

শবী—মরোল অমতা খংদনা করিগী হন্নি ?

ডারোগা—[মুখুংনা প্যায়রিবা চৈ মচা অহু মকৈগদা কুনা কুনা—]
টেলিগ্রামগী মরোলে হল্লকপা ডায়বা য়াম্না থেংনি। সাহেব
কী হুকুম মতুং ইম্না হয়েং অয়ুক শুঙনবদা সাহেবকী বঙ্গ
লোদা নখোই লুপী খরা চত্না সাহেবকী হুকুম অমুক
লৌরো। ডসিদি নযুম নযুমদা হল্লো — চংলো চংলো—

তোম্বীমচা — তাল্লবদি চংলোই ঐখোইবু তানগনু — ঐখোই
হনখিল্লোই মরোল অমা খংঙিনি।

খম্বী—সাহেবকী হুকুম অরেপ্পা অমতা খংগে হায়হনা অমুক
কুইনা ডাইবুগা অরেম্বদা ঐখোই করিগী চংকনি ?
ঐখোইবু তানগনু।

ডারোগা—নখোই খরতনা লুচিংহনা লুপী ময়াম্ন ওন্ন-তৈননা
কান্নদবদা লাংহন্দুনা প্রজাগী খুদোংথীবা থোকহল্লবা তৌগনু।

তোঙ্গৌ—করি য়ানোদা বাবু' ঐখোয়না সবকারদা হায়জরিবসে
ঐখোই খরতনা লুচিংহনা ঐখোই ইশাগী কান্নবা তৌবা
থবক নত্তে। মণিপুরগী মমা ওইবী পুম্নমক্না চপ মান্ননা
হৌহনা লৈবাক প্রজা পুম্নমকী অরাবা কোক্রবা য়াকং
চবনি। মসিদা অরেম্বা কান্নদবদা লাংহন্দুনা প্রজাগী
খুদোংথীবা করি থোকদোরিবা ?

ডরোগা নখোইনা হায়জবা, য়াকংচবা য়াম্না চম্বা ওইরবদি,—

ঙুপীশিং অসি য়াম্না শান্তি ওইবা মওংদা চথদনা করিগীদমক সাহেবকী মকুন্নিং শেগাইদুনা, সাহেবকী মনা চিংদুনা, সাহেবপু নখোই ঙুপী ময়াম চংদুনা করিগী নমদুনা ফারে ? কয়া কা হেল্লবা ঙাক্তা নখোইনা তৌরে ? চুম্না রাকংচবগী ওন-তৈনবদা অশান্তি থোক্লনবা অন্দোলনগী শক্তম ওইরে নখোই অসিমক নখোই ঙুপী ময়ামগী অন্দোলন অসিগী ফাওবা মাংননবা, কাইননবা লম্বী থিদুনা ফত্তনবা শিনবী লুচিংবী ওইরে। গোল মাল কয়ামুক থোকনবা, নখোইগী দাবীগী মওং নশানা অকাইবা ওইনবা শিনবী, অন্দোলন-কারিনী ওইরবী ঙাক্তনি। নখোইগী নত্তো অসি কয়াদা অরাবগী মশকনো ?

অ'ঙৌবী—ডারোগা বাবু ! ঐখোইদা মরাল শিদুনা রাবনা কাররোই। প্রজা চরা হেল্লে, ফৌ চেং চোইনা মকু অমা ফাওবা ফংনত্রে, প্রজা চানিংঙাই লৈত্রে হায়জরগা – নোংমৈ পায়বা সিপাই ময়াম পুদুনা লাকইবু করিগীনো ? ইমা ইবেল ঙুপী নহা মীপাইথিবীশিং অসিবু কিহন্দুনা, প্রজাগী ওইবা অপুনবা রাকংচবসিবু কায়ননবা ঙাংবীররিবা করিগীনো ?

শবী – মখোইগী হৌনশা হৈনবীনি হৈনবী।চান থকুবা পোংচৈ তাংননবা শিল্লিবা, মখোইগী মরুপ শেঙ্গাও পায়বা মহাজনশিং, ফৌয়াম পৈশিনবা ওস্বা কারবাররালাশিংনা

শেন্দোং য়াম্মা য়াম্মা লৌহুনা লাইরবা প্রজা:শিংগী ঈ চুপলি-
বশিং ডাক্লনবা, কায়দনবা শিন্নবগী চোংথোক্লক্লিবনি।
ডারোগা—নখোই লৈবাক্তা ইরাং হৌনবা, লৈবাক অসি শান্তি
লৈতনবা য়াম্মা কন্না হোংনরে? নখোইনা ভস্না শক্তিশিং
শিজন্নহুনা লৈবাক লাংনবা তৌবা য়ারোই। নখোই লুচিং-
বাশিংনা মুপী ময়াম অসি পুহুনা হন্নবা তৌরো।
লৈমা—কয়ি ঝানোনে ডারোগা বাবু? চেং চাক তাংলে,
চানিংঙাই লৈত্রে প্রজা চন্না হেল্লে, অসি থোক্লনবা শিল্লিবা,
চিঙ্গাক কংহন্দবগী অন্নাবা তায়িবাসিদি কোকহন্নবা হোং-
নবীত্রগা, লৈবাকী নামাদা শান্তি হায়জিন্দুনা ঝাঙাং ফজবনা
অরাবা কোকপা য়ারোই, প্রজা হেম্না ঝানবা থৌরাংবীরহু,
লেংবীরো, হনবীত্রো।
মুপীশিং—চৎপীত্রো, চৎপীত্রো—
(কমাণ্ডেন্ট সাহেবনা সিপাই ৫০ অমুক থারক্লবা চিঠি ইহুনা
সিপাইদা পিরে, সিপাইনা সলাম তৌরগা থুনা চৎত্রে)
সার্জন—(প্রেসিডেন্টগা থোরক্লনা) য়াম্মা থেংনা পাও কংনি।
নখোই ঙাইহ্না কায়দে, সাহেব চাক লামলে খানা চাক্লগে,
য়াম্মা থেংলে, নখোইস্মু হল্লো। ঐখোই চৎলে।
[হাথুনা থোকত্রে, মুপীশিংনা—"চৎপা য়াদে"—হায়না
ইরৈ. কমাণ্ডেন্ট, বক্লবা, সেপিনমু ইরৈ।]
মুপী ময়াম—চৎপা য়াদে, চৎপা য়াদে, চৎপা য়াদে—সাহেব
অফিস মনুংদা পুশল্লো।

[ খুগী ময়ামগী খোল্লাওগা লোয়ননা সাহেবপু ইনশল্লক্লুনা, ছোট সাহেব কপ্পা ক্রুমাননা মপি তৈথোক্লুনা লেপলম্বা টায়া অফিস মঙুংদা ইনশয়া সার্জনগা লৈখি, অতৈম্বু হায়াগুম্না যাগী যাগী মকমদা লৈখি ]

থম্বী – ইমা ইবেল ইচিন ইনাও পুম্নমক। পাও কংত্রি কাও চংনবা য়াত্রে, পাও পিরমদনা সাহেবস্থু চংপা য়ারোই।

খুগী ময়াম – য়ারোই, য়ারোই, চংপা য়ারোই।

তোম্বীমচা – সাহেবতি ঙসি ঙহাক্তনি, ঐখোইদি কুইরবনি থেংনা থেংনা ঙাইরিবা, অশেংবা পাও অমা কংত্রি কাওবা ঙসিদি কনা অমত্তা হয়বা য়াদে।

খুগী ময়াম য়াদে, য়াদে, য়াদে হয়বা য়াদে।

লৈমা সাহেবনম্বু থানা লামত্রও? ঙহাক্তং থানা থালি ওইবদা লাম্বা থংবা? সাহেবতি থানা চানবা লৈনা লৈনা থানা ঙহাক লাম্বনিদো, হনখিবদা থানা চাননবা মথন মথন ঙাক্তা পৈ পৈহনা লৈরমলগদবনি। প্রজা ঐখে ইদি চ নিংঙাই লৈত্তা চরা হেন্দুনা কুইনা লায়ক্রবনি, য়ুম য়ুমদা হনখিবদস্থু চানবা চেং মরু অমা কাও তারমলরোইদবনি ঙসিদি অশেংবা অমা থংত্রি কাওবা চংনবা য়ারোই।

খুগী ময়াম – য়ারোই, য়ারোই, য়ারোই চংনবা য়ারোই।

তোম্বৌ – সাহেবসে মতমদা থৈথোক্লবা হোংনবনি। চেং চাক তাংবা খিংনবা হোংনদবা, প্রজাগী অরাম্বা থংদ উদবা মশাগীদা, হুংঙাইনবা হোংনহুনা লৈবা লৌনম্বা শাসনগী মপু লৌনম্বা সাহেবনি।

নুপী মন্নাম – মানি, মানি, মানি লৌনম্বা সাহেবনি।

খম্বী – ধর্ম্ম অবতার সাহেব ! প্রজা শুমনবা হায়জনবা মীওংনবা
মীনম্বনি, মীনম্বা !

নুপী মন্নাম – মানি, মানি মীনম্বনি মীওংপনি মীওংপা !

শবী—মখোইগী হৌনসা ওইবা মীওংপা সাহেবকী জাৎসে জাতী
অতৈবু মখোইগী মীনাইতা ওইনবা শিনবা সাহেবকী
শাসন্নি, প্রজা মীয়ামবু নমথনবা শিনবা সাহেবনি প্রজাগী
য়েক্লবনি য়েক্লবা ।

নুপী মন্নাম – মানি য়েক্লবনি, প্রজাগী য়েক্লবনি য়েক্লবা ! সাহেব
থোরক্লে, সাহেব থোরক্লে, করি হুকুমনো তাসে তাসে–

প্রেসিডেন্ট–( সার্জনগা লোয়ননা থোরক্লুনা শাওনা কমাণ্ডেন্টতা
হুকুম তৌহুনা–)

**Order Your army to disperse these women folk, see, not to mix these women leaders with the mob outside.**

( কমাণ্ডেন্ট সাহেব সলাম তৌরগা থুনা থোকপ্রে
শ্রীবলিরাম বাবুনা সেকিনগা মঙংদা লৈবী নুপীশিংগী
মনাক্তা থংনবা লেপ্তুনা লৈ। মপান্দা ডবল
বেঙ্গুন খোংহুনা অসাম রাইফল সিফাই ৫০ থোমজিন
লক্লুনা নোংমৈ পায়বা সিফাই ১০০ না কমাণ্ডেন্ট
সাহেবনা হুকুম তৌহুনা নোংমৈ মতোন্দা সঙ্গিন পাল্লগা

নুপী ময়াম তকথোক্লবা হোৎনখি। সিপাই খরনা মনুংদা চংলক্লনা নুপী লুচিংবীশিংবু থংনবা লৈখি। )

চাওবীতোম — ইমা ইবেম ইচিন ইনাও পুন্নমক! চিংননিংঙাই ওইবা মওং অমা লাক্লে। ইমা ইবেন পুন্নমক নুংশাথিবীগন্নু। ঐখোই নুপীশিংদা মখোইনা করিস্সু ঙম্মোই। কিবীন্নু, চেনবীগন্নু — ঐখোই নুপী ময়াম্না তাল্লিবা দাবী ফংদ্রিবা ফাওবা হল্লোইদবনি।

নুপী ময়াম — হল্লোই,হল্লোই, হল্লোই, ঐখোই হল্লোই।

চাওবীতোন — ঐখোইনা তাল্লিবা দাবী—

নুপী ময়াম — পীগদবনি।

ভাম্বীমচা — ঐখোইদা ঙসিমক হুকুম —

নুপী ময়াম — হায়দোক্লদবনি।

খম্বী — হুকুম হায়রমদনা সাহেব —

নুপী ময়াম — চংপা য়ারোই।

( হম্মা হম্মা লাওরবা তুংদা — )

গেঙ্গো—(শাওনা) করিনো সাহেব! চেং পিবগী মতম্তা সিপাইবু নোংমৈ সঙ্গিম্না থিলহন্দুনা নুপী ঐখোইবু হাংহনগে হায়রিব্রা সাহেব ?

— নুংঙাইদা সাহেব। চাক তাংবনা চরা হেলহন্দুনা শিবা ঙাইক্লমগ্রক্লনা,-সিপাইবু নোংমৈ কাপহল্লগা নুপী ঐখোইবু হাংলগে হায়ব্রা সাহেব ?

খম্বী – ( য়াম্না কিংনা শাওতুনা ) হায়ব্রিমক্তদা য়েংউ য়েংউ— নুপী ময়াম 'সে সিপাইনা সঙ্গিম্না থিন্দুনা নোংমৈনা তক্ক-থোক্কে। ঐখোইস্তু নুপী ময়ামগী মরক্তা চংলসি লাকও। ( চেনখোকপদা সিপাইশিংনা নোংমৈনা কৈহুনা থংলি। অতৈস্তু মপান্দ থোক্কে হোংনবদা সিপাইশিংনা থিংই। ) করিগীনো থিংইবা থংকন্নু।

শবী – ঐখোইবু করিগী থংলিবনো ? থিংগন্নু—নুপী ময়ামদা করিগীনো সঙ্গিম্না থিল্লিবা, করিগী নোংমৈ কুন্দানা ফুরিবা ? থিংগন্নু—ঐখোই চংকে।

ডারোগা নখোই নুপী ময়ামগী মরক্তা চংবা য়ারোই, লমহেন্দুনা ওমনবা তৌন্নু, অওম তানগন্নু নখোই হনপ্রো চংবা য়ারোই।

নুপীশিং — করিগী য়ারোই ? ঐখোইদা করিগী চংকনি ? নতিক লৈরগা অহুক থিংউ। [ সিপাইশিংগা ইন্নবদা নুপীশিং সঙ্গিম্না শোক্তুনা ঈনা মথুং মশা পুমঙাং ঙাংলে। ]

নুপীশিং – ইস্ ঐখোইবুস্ত্র সঙ্গিম্না থিল্লে ? মখোইগী নোংমৈ মুল্লু। নুপী ময়াম চংহুনা সিপাইশিংগী নোংমৈ মুল্লো মুল্লো। ( নুপীশিংনা সিপাইশিংগা ইন্নহুনা নোংমৈ মুন্নবদা সিপাই-শিংনা নুপীশিং ইনথুহুনা খোংউপ বুটনা নুপীশিং নেংলি। )

নুপী ময়াম হাংলু হাংলু সঙ্গিম্না থিন্দুনা, নোংমৈ কুন্দানা ফুহুনা, নখোংউপ্ বুট অহুনা নেস্তুনা ঐখোইবু হাংলো। চাদন্নুনা শিবস্তু শিবা, ঐখোই নুপী ময়াম হাংলগা নখোই পেল্লো পেল্লো।

চাওবীতোন –( থরাই শোক্লা কপ্তুনা ) ইস্‌ – মাংলে মাংলে – পেনস্ত্রিত্রা সাহেব ? ইমা ইচা পুম্নমক সঙ্গিননা থিন্দুনা, নোংমৈ কুন্দানা ফুতুনা ইনা মখুং মশা পুমঙাং ঙাংনা শোক্লে, মতু শোল্লবী ঈলৌরাঁরবী মুপীদা তমথিরবা সিপাইশিংগী খোংউপ বুটনস্থ নেৎথংপীরে, চানিংঙাই লৈত্রহুনা চরা হেল্লবী চদংনরবী, মরাল লৈজত্রবী মুপীশিংনা মশা মউ তেক্লুনা ঈনা পুমঙাং ঙাংনা লম্বী সোরোক্তী উকুল মরক্তা ওন্দুনা কনা য়েংবাঁদা লৈরগা ঐখোইবুস্থ চংবা য়াদে, য়েংবা য়াদে হায়রিবসিবু করিগীনো সাহেব ? [ প্রেসিডেন্ট সাহেব হন্না কাও য়েংলমদনা থৈদোক্লুনা সার্জনগা হাথুনা চংপ্রে । ] চংলে সাহেব চংলে ? অশোক অনা মুপীশিং অসি হন্না কাও য়েংলমদনা থৈদোক্লুনা চংলে ? কৈ চংলু – ইমা ইবেল, ইমা ইচা পুম্নমক ! তমথীরবা সাহেব অসে, অশোক অনা মুপী ঐখোই মম্নাম্নু হন্ন কাওবা য়েংদনা, পেল্লহুনা ময়ুম তান্না চেনপ্রে । চেনখিসনু, চংচখিসনু হৌজিক ঐখোইগী রাকংকম হায়জফম কনাস্থ লৈত্রে । অশোক অনাশিং অসি অঙম্বনা মখোংনা শমহুনা চংলগা, ঙমদবনা পো পোহুনা পুনরগা ডাক্তর শংদা পুরসি । ইমা ইবেল ইচিন ইনাও পুম্নমক পুক্লিং হনবীগনু । ঐখোইগী অমত্তা ওয়বা অপুনবা দাবী কনানস্থ থিংবা মত্তিক নত্তে । ঙসিগীদি মতম অসি থেংমনথরে মথা চথরম্নুসি ।

হয়েংদগীদি ঐখোই কনাদস্থ হায়জরম্নুসি, ঐখোই মম্নাম পুন্না চত্তুনা—চেং তক্লুবা কোল পানবা মকম খুদিং চংহুনা

কোলশং পুম্নমক, ঐখোই ইশা ইশানা নমহুনা শো লোল-
হল্লগা থিংলসি ।

লুপী ময়াম ফরে ফরে, য়ারে য়ারে মহুমক্কি তৌগদবা ।

তোম্বীমচা ময়াম পুম্নমক ঙহাক্তা তাবীয়ু ! হুয়েংগী লুমিত্তা
চথুগদবা থবক, ময়াম্নসু য়াবীরে । থবক অসি ঐখোই
ময়াম পুল্লপ পুল্লপ মফম খুদিংদা চত্তুনা লৈরবদি থবক
চথরদা থিল্লগনি । ঐনা পামজবদি চেং তকফম কোলশঙ
লৈরিরা মাইকৈ মাইকৈগী, নক্ক নক্কবা ইচিন ইনাও, ইমা
ইচাশিংনা পুম্না পুম্না চংশিহুনা মফম মফম অদুগী চেং তক-
ফমশিং শো লোলহন্দুনা থিংবীরকউ, কনাগুম্বা য়াদবা
লমহেনবা য়াদবা য়াওরকপা মফমদনা ঐখোই পুম্নমক
পুল্লপ চত্তুনা নমহুনা থিংসি । ময়াম্না হায়বদা খৌওইদনা
য়াদহুনা কোল তক্লবদি মফম অদু থুগাইবা হায়না লেপ্নসে ।

লুপী ময়াম - য়ারে য়ারে মহুনা হেন্না ফরে ।

থঙ্গী - ফরিবা ময়াম্না য়ানবিরিবা অসি হেন্না অমুক ফনবা—
ঐখোইনা থিংসি হায়রিবা চেং তকফমশিং পুম্নমক শো
লোলহল্লগা ঐখোইনা শোদি পায়শিনসে অহুনা থিংবীরকপা
কোল মফমশিংগী শোদি পায়বীরকউ ।

[কমান্ডেন্টনা ছইসেল খোংহুনা সিপাই পুম্নমক পুনশন্দুন-
হনখ্রে । ডারোগাসু সেপিনগা চংখ্রে । ]

লুপী থরনা— চংলে নখোই ? নখোই হল্লে ? (খুবাক্তা খুহুম্না
শুনা তক্কুনা ) উ—ঐখোই লুপীশিংনা লান্দমক্তা-ওইরবদি
নখোই তুম্না হেক মাংউকো ।

চাওবীতোন—ইমা ইবেল ইচিন ইনাও পুন্নমক। সিপাইশিংদি হনগ্রে, ঐখোই ময়ামদি য়ুম য়ুমদা হন্নখিন্নসি হনবীবা য়াজি, ঐখোইদা য়াম্না হেন্না খুদোংথিবা, কিনিংঙাই ওইবা শিব মক্তি থোক্কে হায়ববু, অশোক অনা য়াওরবনিনা, ঐখোই ময়াম পুন্নমকন্সু পুন্না ডাক্তর শংদা চত্তুনা অশোক অনা য়েংহল্লগা হন্নসে।

খুপী ১না—ইবেঙ্কনগা য়াইমবীগদি য়াম্না থিনা শোক্তুনা তুন্তুনা লৈরে মখোই অনিদি চৎপা ঙম্মরোই কমদৌসিগে ?

চাওবীতোন — চৎপা ঙমগদবা অশোক্পনা শম্নরগা খোংনা চৎপিরো, ঙশোইদবনা পোত্থংনবীরো চৎননবা তৌরসে।

অঙোবী – ঐখোই ময়াম হনবা তারবনিনা তুমিন্নদি হল্লন্নসে। লাওবদা তৎথন্নুনা শিবা তারবস্থ চিন্দদি পেন্না হনসে —

লৈমা – মানি তানিংঙা তাও তানিংদ্রা তোকচৌ কনানো লাওরো লাওরো—

তোঙ্গৌ—ঐ লাওজগে ময়াম্ন খুম্বীরো—ঐনা "চেং তকপা কোল" হায়বদা ময়াম্না—"থিঙ্গদবনি" হায়না খুম্বীয়ো।

চেং তকপা কোল —

খুপী ময়াম - থিঙ্গদবনি।

তোম্বীমচা—"মীয়ামগী খোল্লাও" হায়রগা "নমথবা য়ারোই" — হায়না খুম্বীয়ো।

মীয়ামগী খোল্লাও

খুপী ময়াম — নমথবা য়ারোই।

খবী —"প্রজাগী দাবী" হায়রগা "পিগদবনি" হায়না হায়বীয়ো ।

প্রজাগী দাবী

সুপী ময়াম - পিগদবনি ।

শবী—"অওং অনৈগী শাসন" – হায়রগা

"প্রজাগী য়েক্লবনি" খুম্বীয়ো,

"প্রজাগী য়েক্লবা" হায়বনা

"লৈবা য়াম্লোই" খুম্বীয়ো ।

অওং অনৈগী শাসন –

সুপী ময়াম – প্রজাগী য়েক্লবনি ।

শবী—প্রজাগী য়েক্লবা –

সুপী ময়াম – লৈবা য়াম্লোই ।

সুপী ময়াম অশোক অমা পুম্নমক শম্না,

পোনা পুরগা, ডাক্তর শং তাম্না

হম্না হম্না লাওর লাওরগা চংখিহনা।

মীয়ামগী খোম্লাওনা

থাম্না তাম্লবদা

তিনথ্রে ।!

৪বা উৎশা

"পুলিসলেন লমশাক"

১৯৪০ ইং তাং ৭ জানুৱারি থা।

## য়োখোক লাল

নিপা নুপী ময়াম্না চোম্না তিল্লবা মকমনি মীতিন অসিগী-
দমক মীয়ামগী মমাংদা লেপ্লুনা তিল্লিবা নিপাশিং —
শ্রীহিজম ইরাবত সিংহ, শ্রীএল খগেন্দ্রজিৎ সিংহ, শ্রীলাইশ্রম
কুলবিধু সিংহ, শ্রীলোংজম বীজয় সিংহ, শ্রীলাইশ্রম মেরা
সিংহ; শ্রীতখেলময়ুম অমুসেলুং সিংহ, শ্রীকায়াম বিদুর
সিংহ, শ্রীনাওম অমু সিংহ, শ্রীহিজম শামু সিংহ,
শ্রীসাইখোম মধুমঙ্গল সিংহ, শ্রীওক্রম ইবোমচা সিংহ,
শ্রীক্ষেত্রিময়ুম ইবোয়াইমা সিংহ

নুপীশিং—শ্রীমতি তোঙ্গো দেবী, শ্রীমতি খোংনাং দেবী, শ্রীমতি
রজনি দেবী, শ্রীমতি শবী দেবী, শ্রীমতি মুখি দেবী,
শ্রীমতি অমুবী দেবী, শ্রীমতি লাইশ্রম কবোকলৈ দেবী,
শ্রীমতি চুংখাম অমোবী দেবী, শ্রীমতি ইবেমচা দেবী,
শ্রীমতি স্নাতোম্বী দেবী, শ্রীমতি কুমারী দেবী অসিনচিংবী —
( কুলবিধু, বীজয়, শামু, ইবোয়াইমনা চিংবনা
মীতিনগী টেবল, চৌকি, প্লেটফোর্মগীদমক উপুনচিংবা

থাংদোক্তুনা শেমদোক শেমজিন তৌরি— )

চাওবীতোন—( চংলক্তুনা ) ইবেম্মা শবী ! সোমদা ঙহাক্তা লাও ! হো তাদত্রও ? শবী নংবুনে —

শবী ( খোরক্তুনা ) ঐবুরা ? করিগীনো খোরানী ?

চাওবীতোন—য়া অমত্তা হায়গে তৌবনি ।

শবী—করিনিনা ?

চাওবীতোন—নংবু মহারানীনা কৌত্রা ?

শবী—উম্ কৌই ।

চাওবীতোন— অদুগা কদৌরবা নংনা চংত্রিবদে ?

শবী— ঐস্মু চংকে হায়দুনা নোংমা য়া কোন্নুং য়োক্লরগা, মন্নুংদি চংত্রিঙ্ডেদা পুক থিল্লক্তুনা অদুম হল্লক্লে । অদুদগী ইশ ঙমদদুনা নাবদগী অদুম তোক্লে ।

চাওবীতোন—ইবেম্মা অক্লবা থবক্তি, মহারানীনা নংবু ঐখোইগী লোয়ননা, সোয়দনা পুরক্তুনা লাক্লবা য়াদে, নশা মক্লা চে অমসু থাহন্দবা য়াত্রে হায়না মহারানীনা মন্নুংগী ওয়বা অকুপ্পা মরোল অমা তাকপিরকই ।ময়ামসু আদা ঙায়দুন লৈরি, ঐখোই ময়াম ঙহাক্তা য়া কোন্নুং য়োক্লসি ।

শবী—খোরানী ঐ য়াওহল্লমু খোয়ানীখোই ময়াম লেংউরো ।

চাওবীতোন—ইবেম্মখোয় তৌনুদা লুরবা তাঙ্গা অসিদা লৈখোক্লু-ম্লুসিদা । নং য়াওনা কাইনবা তৌনুদা ।

শবী   করিনো থৌরাঙ্গীক্কা তাকপিরিসিবো ? কোন্নুং খন্দুনা
লৈবনা হেন্না লুবহুনা ?

চাওবীতোন — করিনোনে নংনা হায়রিদুবো কনানা কোন্নুং খল্ল-
হুনা ? লৈবাক্কী ইবেম্মা মহারানীমক্তা - "লৈবাক্কী ইমা
ইবেমশিংনা অহাবা ত রবদা ইশুং ইমামবী, ইচে ইচলশিংগী
মতেং খংদম্নু পাংবা ওমত্রা য়েংনি" হায়না চোংথোকপি
রক্নুনা, মুপী ঐখোইগী লুচিংবী ওয়বীরি, রাকম পুম্নমক্তা
মাং থান। শ্রীযুৎ কাওবা উনবীরি অসিদা নংনা ঐখোয়বু
কোমুংদা নপ্পগী রাকম করিনো ? তৌগুদা—

শবী   অহুনা ওয়রে, প্রজা মুপী ময়াম্না - মুপী ঐবু খোমজ্রাম
আই. পিনা খোংপাক্লা কাওখিবগী মতিক্ চাবা বিচার
তৌবীয়ু রাকংচবদি তাবীদনা মতু মরা মায়হুনা নমশিহুনা
থম্বীরিবা ? মুপী ময়াম্না, লৈবাক্লা —মুপীবু খোংপাকনা
কাওবগী হায়জবা ইশা ইরোমতোম্না হায়বম্নু নত্তবা —

চাওবীতোন — মহুদি শ্রীযুৎতগী রাকম নত্তে। নংনা অরেম্বদা
রারোহুনা শাওরে ।

শবী — কদিগী ?

চাওবীতোন — অহুদি নখোই খরনা শ্রীযুৎপু হুন্নান্দুনা বড় সহেবতা
হায়জরুবনা, বড় সাহেব মশামক য়াওনা চংহুনা আই. পি.
উনবা চংশদা খোমজ্রাম আই. পি না লোংখিবদগী অহুম
শাংথখিবনি। মহুগী মরমম্নু য়াওরি ওইঠাক্তা চংসি ।

শবী – ফংরেনে, শবীদা কাওজখিবনি—লেংও।

চাওবীতে ন - নং চংলরোই হায়রিব্রও ?

শবী থৌরানানা ঐ১ চংতবা য়াদে হায়রিব্রও ?

চাওবীতো ন – করিনো নংগা ঐ১ খংনবা সাকপদৌনা ?

তোঙ্গৌ – ( ফিংনা শা১না থোরক্লুনা ) করিনো ঙাংনরিবহুবো ?
কোমুংগী যাঁংং খোম্বীররিব্রাও ?

চাওবীতোন—করি ৱানো ইচে তোনখোম্বী। নখোইনা অহলনি
হায়হনা লুচিংবী ওয়হল্লগা ময়াম কায়ননবা শিনহুদা ?

তোঙ্গৌ - বামন নুবী। নংনা অহৈ অপা শারহুনা কান্নরোইয়ে
চংলো - নিংথৌনা মাররারিশিংদগী লৌনিংবদা লৌহুনা
চেং ললোনবা, প্রজা ঐখোইনা চরা হেনবা। নখোই খরনা
নখোইত্তা নবুক থনমনবা মীয়ামগী শাহুনা কোমুংনা
ভিক্ষা চংগী ! ঐখোইদি য়াওজররোই, চরা হেন্দুনা শিবা
তারবস্থ অসুম শিজরগে লেংবীরো।

চাওবীতোন—হাঁ – ঐখোইবু হনবনি হায়হুনা ব্যবহার কায়নিং
দহুনা অসুক কুইনা খাংবা, মানা অসুম অসুম হেক হেঙ্গং-
লকইদা হিংচাবীসিদে। হায় তৌঙ্গী ! নরান্না নপোং
কাহুনা শ্রীযুৎ উনবা ঙমত্রগা নংনা অক শাহুনা ঙাংবা
লৈবাক্লা তাবীরোইনহে।

তোঙ্গৌ – করি চিন্থিবী ! ঐগী করি ইরান ? নং হায়বা ঙমত্র
বদি নচিন্দু তিনশিংলগা খুৱাকসিনা থানিদো।

চাওবীতোন – ঐখোইদি নংগুম্বী নত্তেনে, ইথক্তা তিনশিংলগা ইমায়দা তাই হ য়ত্নুনা নখোই তরেংনা লোম্না চথরিবা থবক খংনা খংনা খংশিন্নদনা লৈবীবনিনে ।

তোঙ্গৌ ইয়া য়া নখোইনা হুবান্দুনা লোম্না কোন্নুং চংপগুম ঐখোইবুস্নু খঙবা শাত্রা ?

চাওবীতোন – ঐখোইদি নখোইদোৌনা করিগী লোম্না কোন্নুং চংত্তৌরিবা ? নংনা হায়রিবত্নুদি লৈবাক মমাংদা শ্রীযুৎ স্না য়াথং মক্না তাকপিগ্রবা য়াফমনি – অরোনবা নত্রবনিনে – নত্রবা –

তোঙ্গৌ – নংগী নিংথৌ শাবত্নুনা লৈবাক খংনা করি করি হায়বিত্নুনা –

চাওবীতোন শ্রীযুৎ স্না য়াথং মক্না - "ঐনা মারবারিশিং অসি হাকমল্লি লৌবা য়াবা মথৌ লৌথোক্কে তৌবনি, লৈবাক্না য়ারবদা ঐনা খংশিন্নদা লৈগদবা নত্তে, চেংস্নু থাহল্লোই চেংস্নু তকহল্লোই " - তাকপীবদা লুপী ঐখোই ময়ায়া য়ান্নদুনা থবক মথা চংথরকপা নত্রা ? মসিদা ঐখোইগী অরোনবা করিনো ? নখোই য়াওরিবা নত্রা ? নখোইনত্নুম শ্রীযুৎ স্না মাংদদি অফ শারত্নুনা মাংজিন থারম্মগা, নখোই তরেৎনা লোম্না লৈবাকী থবকপু নরম্নাইগী কান্নবতা য়েংনা লৈবাক মাঙনবা শিল্লিবীদি নখোই নত্রা ?

তোঙ্গৌ – হায় চিঙ্খিবী ! চিনফেন কবী ! নচিন থিবনা কান্নরোই লৈবাক মমাংসিদা নং থুল্লোইনৌরা ?

চাওবীতোন—হা - ইকাইগেদি হায়রক্রহুনা মানা অচুম্বা শায়রহুনা
হা—হা—খো মায়থাবীসিদে।

তোঙ্গৌ—য়েংউকো নং! হায় বামন হুবী নং মকম অসিদগী থুনা
চংচহৌ নক্রবদি হুরানবী নং লৈবাক মমাংসিদা কুইম্নে তানি।

চাওবীতোন—কৈ কৈ - ঐনা নংগা মান্নিংদহুনা সুম হনববু -
হুরানবীসি ঐগ্না, নখোইরা লৈবাক মীয়ামা খংলসনু

তোঙ্গৌ—নংগুম্বীনা লৈবাক মমাংসিদা লাওরগা কনানা নরা
লৌবীসি? লাও শবী। মাগা মায়োক্নবা লেমদে।

(শবীগী খুজেং পায়না চংশিল্লি।)

চাওবীতোন - হে হে—ঐ নখোইবু খোম্বালাকপোই নিংজ শাত্রা?
নখোইনা—কহুরীনা মনিপুর প্রজা মীয়াম্বু উশিং থওইদনা -
"মনিপুর প্রজা চেংকুপ রাইকুপ পিজগনি" হায়খিবগী
য়াওনা থাবা দরখাস্তবু, কহুরীগী মমিং য়াওদনবা লোয়
হোংনবদা, দরখাস্ত ইবিবা প্রতাপসিংনা ককৃথংশিন্নু য়াত্রহুনা
কস্তুরীগী মমিং য়াওদনবা, ময়াং কন্নবনি হায়রহুনা, নখোই
থরমা - শ্রীবুংতা থাবা দরখাস্তকী মথক্তা - "মীতৈ নিংথৌদি
বৃটিশ শাসনগী মখাদা চুম্নতা নিংথৌ ওইজবনি, পরাব
লৈতবা নিংথৌনি, প্রজাবুম্বু য়েংবীত্রে, মাগী মহুক্তা বড
সাহেবনা অচুম্বা বিচার তৌবিয়ু" হায়না সাহেবতা দরখাস্ত
থাবা, নুপী ঐখোই মন্নামগী খুবী সোই শাবা, দরখাস্ত ইব
মাঘগা লৌতুনহুনা মীতৈ খুপী ঐখোই মন্নাম্বু লোম
য়োল্লগা ময়াং মাররারিজগী অুপা টিন টিন্দা পেক্তুনা হুরানবী।
নখোইবু খংলোই নিংজবা শাত্রা?

তোম্বো – [ থুনা চেনশিনরকুনা মখুবাক্তা থিন শিংলগা – ]
মী মাংখনরো ওন্নী থিনখিবী। নং নচিন মুহু খুরাকসিনা
মায়গা নচিন মুহু উং থাকুনা লোইগে।
চাওবীতোন – নংদম লোইগে।
[ মরুই মাংচেং লোংনহুনা অনিনা শয়গা শয়গা পায়নহন
চিংনৈ। ]
নুপীশিং—নিপাশিং (চেনশিনরকুনা) কদিনো করিনো ?
(মায়বিদাকশা হোৎনৈ)
নুপীশিং – মিচিং অসিদা কাম্বকবা খিল্লরিবনি মহা তৌভবী !
[ মমায়া চাওবীতোনগী মহুনা মফি মরোল লোশাই। ]
নিপাশিং – থাদোকনৌ সে –মনুসে—লেনে – (মমায়া থাশিন।)
রমনী – ঐখোই মশেল মাকা মীগী মমাংদা চাং তাকবা থবকসি
তৌরেদা।
তোম্বো – (মফি শেমজদুনা) মাইথাবী। মথৌ নৈতনা হেক
লাকুনা – নং – (মনুক চংশনগে তৌবা)
খোংনাং – (থায়হুনা) মাগী মারুবা কাবদেদা, লেংক্লো থৌরানী।
চাওবীতোন – কবি ইথৌ নৈতবা মকাওবী! নখোইনা তাবগা
ঐ চংকদবা নত্তে, নখোইন খুং লিংহুনা ঐঙু মু চৈরগা
চাওবীতোমা নথোই কিহুনা চমগমকদুহু নত্তে,—
খোংনাং – তোকুও তোকও থৌরানী! নংম্নু নখোইগী থবক্তো
পাংথোকুবা হোংলকু!

শবী — লেংও লেংও থৌরানি। খংদি খংজিল্ল্ — নিংথৌবা অক শাহ্নবা হাগ্নরিবা, শেঙ্গাও পাঝবা মাররারীশিংদগীনি হায়হনা লৌরিবা, শেনথাও চবুন চবুল ম্রাওরিবা লুপাশিং অদো, লাইরবা. চয়া হেল্লবা ঐথোই মগ্নামগী হুমাং মরিক মরিক্তনা তৈরবা, অনংবা অনংবিতগী ঈ-ত্তনা শাবনি হায়বদো।

তোঙ্গৌ মাগা মায়োক্লবা লেখদে কাঙদে লাকও।

(ঋুপীশিং কেং কেং লৈথোক্লুনা চংঙ্গে।)

চাওবীর্তোন — মহুদি মথোইহুম খংজো। মথোইনা লৈবাকী মাংমবা ওইনবা ঋুপী কাংবুল অদি থোকখঙ্গে। ওসি মিটিংগীদমক ভিলিবসিদা নথুংঙো ইয়াবত্ত মেম্বরসে ঋুপী ঐথোই মরাম্না তাগ্নহুনা, ঐথোইগী ঋুটিংবীনা কচ্ছারদগী কৌথোকপনে নথোই খগ্নতগী নত্তেনেহে। মথোইতগী ওইনমবা শিজমবা য়ারোই খংজোইহে।

(থুনা চংঙ্গে)

ঋুপীশিং — (থুবাক থুহনা তান্দা) ইকাইগবী মাইথাবী। শরার লৈত্তবা নিংথৌনি, বিচার তৌবা ঙমদবা, সাহেবকীদি মীনাইনি, নথোই মরিগী মতুং, কনানবু ইনবীনি? কোমুং খনবী চনশ্‌পী।

কুলবিধু—ইমাশিং, ইচেশিং পুম্নমক। ঐনা হায়জবা ইতিক্তি নংচদে অহুবু মতাং অনিদা হায়জনিংবা খরদং - যৌক্তিক

মতম অসিগী শাসন অসিদা নিংথৌদা তাল্লিবা দাবী, রাজ ব্যবহার রাংমদা চথবা আরবদি করম্বা লুপী নিপানা অরা- ম্পাম্পা মাদোইদবগী মরম্ম কৃরিস্থ লৈহ্রে, অহুস্থ অংহুবা লম্বোদা চংশিন্দুনা নিয়ম কায়দনা লৈবাক্তী দাবী তানবদা অরাফম তাগনি হায়রবগী কিনিংঙাই, রানিংঙাই ম্নরমদি করিস্থ লৈতে। হৌখিবদি হৌগ্রে মতুং অসিদদি মমা, ওইবীশিংনা অমগা অমগা কায়নদনা লৈবাক্তী মাইকনবগী দমক অমত্তা ওইনা পুনশমনবা হোংনরোয়্। কাংবু কাংবু নাইনহুনা এখোই মশেল ঙাক্তা অমনা অমগী কায়নবা মাংননব। হায়নবদি অওস্থশিংগী খুদোং চানবা ওইগ্রনি।

বীজয় — রাকম অসি ওসিমক নৈনক্রবগী কান্নবা কংলোই। ইমাশিং— শ্রীমতি চাওবীতোন দেবী, শ্রীমতি শাম্বুলাই- লাংফম খম্বী দেবী, শ্রীমতি লোইতাম তোম্বীমচা দেবী, শ্রীমতি মোংজম নৈমা দেবীনচিংবী ইমা ওইবীশিংনা লুচিং- বীহুনা চথরিবা থবক অসিস্থ মরক্কাই নম্ভে লৈবাক্তীদমক্কি। মসি মতুংগী খুদোংচাবা মুমিং অমদা খরবীয়ো। ওসিগী মীটিংসি হৌনমবা তৌরসি, ইমুংঙো কুলবিধু। মীটিং হৌনবা তৌরো।

কুলবিধু—ফনি—ওসিগী মীটিং অসিগী প্রেসিডেন্ট ওইবীনবা, ইকাই খুম্নবগী মশক ওইরবা—শ্রীএল, খগেন্দ্রজিৎ সিংহ জ্যোতিষ রত্নাকরম্ ঐনা প্রস্তাব তৌজরি।

বীজয় — ঐনা সেকেণ্ড তৌজরি।

( মীয়াম্না খুবাক খুহুনা প্রেসিডেন্ট কমলে, নুপীশিংনা লৈ পারেং হুক্কুনা হন্না খুবাক খুরে ।)

কুলবিধু — ( চে লানশিন্দুনা প্রেসিডেন্টগী য়াথং লৌনা )

ইকাই খুম্নরবা প্রেসিডেন্টগী য়াথং মতুং ইন্না —

ঙসি তাং ৭ জানুৱারী ১৯৪০ ইং পুলিস বজারগী লম্পাক অসিদা তিনবীরিবা মনিপুরগী প্রজা ইপা ইপল ইচিন ইনাও, ইমা ইচে পুম্নমক্কী মফমদা লোক ১৯৩৯ ইংগী ডিসেম্বর থা ১২ তারিখ ১২ পুং ১২ তাবা লৈবাকলোকপা নুমিত্তা— "মনিপুরগী নুপীলাল" হায়না লোকখিবা থৌ-দোক নুমিৎ থানা লৈরিরমখৈ, মনিপুরগী মীপুম খুদিংমক্কী থম্মোইদা য়েক্কুনা কোক্লপা নাইদনা লৈহৌরগদবা অসিগী মরমদা—মথৌনা মরিংজেল লৈরবী মীতৈ লৈমশিংগী মহুৎশিন্না ইমা শ্রীমতি খোংনাং দেবীনা উপুদা কাহুনা প্রজা মীয়ামগী মফমদা অমুক নৌহৌনা নীংশিংবীনবগী-দমক কৌজরি ।

খোংনাং — ( উপু কাহুনা মীয়াম্না খুবাক খুরগা )

ইকাই খুম্নরবা সভাপতি লোইননা তিনবীরিবা মরৈবাক নিং-লবা মনিপুরগী প্রজা মীয়াম পুম্নমক্কী মফমদা খুরুমজরি— ( মখুৎ লোন্না খুরম্নগা ) ঐদি করিস্নু খংজ হৈজদবীনি, মরম অসি ঐনা হায়জন্নবস্নু ময়াম্না হেন্না খংবীরবা শাক্তি অহুম্নু মিটিং অসিগী অহৌবা ওইনা ঐনা খংজ্জবা খরদ ময়ামগী মফমদা হংজংচরি—

থৌদোক অসি থোকখিবগী মরুদি — শেঙাও পায়বা মহাজনশিংনা কলিপুরগী চান থরুবা পোংচৈ পুরমক পাম্বশনখিবদগীনি। মখোইনা কৌ মখৈ পুম্না পুম্না রান-শিন্দুনা পৈশিন পৈশিন্দুনা থমজিনগা কোলদা তরুনা মনিপুরগী রাংমদা চেং থাদোবখিবদগী কৌ চেং চোইনা খাইরম্বন্দ কৈথেলদা কাওবা রানবা ফংনরক্লে। লাইরবা লাইরবীশিং চরা হেন্নরে মণিপুর চাক তাংলে।

অসিগীদমক থা অসিগী হেক থংনবা হৌখিবা থাগী তারিখ ৮ ঈরাই মুমিংকী মুমিদাং পুং ৮ লোম তাবা মতমদগী "মুগী লাল" হৌরকপগী অহানবা পুংফমনি। মতম'সিদা খাইরম্বন্দ কৈথেলগী মখা থংবা মাইকৈগী খুদৈ য়োনকমদা খুদৈ য়োনবী শ্রীমতি অরিবম ওংবী চাওবীতোন দেবী নোংমগী শেন্দোং থরা ফংজরগা মচা মশু ইমুং থাকচবী, চাবা কোয়দনুনা চরা কাওবা হেলবদা, চেং, কৌ চোইনা কৈথেলদা থরদনু রানবা ফংলক্লুনা, অথেংবদা — মপোং মচৈ লোইশিন্নমদনা গুন্দোক্লম্নগা অরাং ছুকান লোমদা চংখিবদা - কষ্টুরী বাবুগী চেং তককমদা কৌ থন্না য়াওবা বল গাড়ী ৭ থানুনা লৈবা থেংনরুরে। গাড়ী মপুশিং অহুনা, কৌ অহু মহাজনদা পিদনা কৈথেলদা য়োন্নবা হায়-নবদা গাড়ীবালাশিং অহুনা য়াদ্রে। থৌরানী চাওবীতোন য়াম্না শাওনা কৈথেলদা চেন্নরুনা কৈথেল মুগী ময়ামদা তমলরে!

পাও অহ্ হেক্ তাবদা কৈথেল অক্তা মুপী কাংবু অমা থুনা চত্তুনা য়েংলুবদগি ফেংগা গাড়ীতগা লৈরম্মে গাড়ী মপূ লোংত্রে । মুপীশিং অহুনা থিবদা মপূ ফংত্রহুনা নাওরেম লৈকাইগী ঙা য়োনবা মলগাড়ী খোঙা হৈবী যাও-রমহুনা মুপী তরেংনা গাড়ী অহ্ খোঙ্গলা থানাদা পুরশি হায়নহুনা থানা তয়া লাক্লে । কৈথেল মপা য়োরকপদা লোংখিবা গাড়ীবালাশিং অহ্ তাররকুনা মখোই খোঙয়গে হায়রবদগী মুপী ৭কী মছুংতা মখোই মপা মপানা খোঙহুনা থানা য়োরে ।

থানাগী বাবুশিংনা মলগাড়ী ৭ কাবীনদা হায়জবদা বাবুশিংনা— "এখোইনা কাবা ঙমদে অমা মপিন্না লৈতে, হুকুম য়াওদনা কাবা ঙমদে" হায়রবদগী মুপীশিং নিংবা কায়হুনা কাবা ঙম্না লাক্লিবা মাওনা লৈবা তাখি । নিংথম থাগী জংবা, মতমনা খেঞ্জরকুনা লোংঅোই য়োশিলকলবদা পক্তারশিং কায়নুনা গাড়ীবালাশিংবু মতুং মনাও তৌদনবা মুপী মরাখন্দা হায়জহনুনা থালোকপিখি ।

কোংবু হুংশা থাকপা যুমশিংবা ঙয়বা হোংনবদা ময়ুম ময়ুমদা ঙহাক্তং হুংঙাইনা পোথাবা কংজব্রী, মুপাশিংদগী শরুক হেল্লা য়াজবা মীডে পুপীনি ।

কি মতা অমমমগা মশা থক থক নিক্লা কৈথেল তায়া হলক্তুনা মপোং লোনবগা অথেংবদা চান থক্লবম্ব লৈবা

কংলা ময়ুম ময়ুমদা হরাখি। অসিগী মতুংদা মথং লুমিংকী চম্বরকপা লুপী ময়ামগী থৌরমশিংদি লুপী ময়ামগী মহুং শিনখী ওইনা শ্রীমতি তোঙ্গৌ দেবীবু হায়হনবীনবা ময়ামগী মকমদা খুৎলোয়না খুরুমজহনা হায়জরি

( মীয়ামমা খুবাক খুনা

মথুং লোয়না খুরুমগা থোকল্লে। )

লবীধু—( প্রেসিডেন্টকী মাথং লৌনা )

প্রেসিডেন্টকী মাথং মতুং ইমা - মথংগী থোকখিবা থৌলোক শিংগী মরমদা ইমা শ্রীমতি তোঙ্গৌ দেবীবু প্রজা মীয়ামগী মকমদা উপু কানা হাববীরনবগীদমক কৌজরি।

তোঙ্গৌ—( উপু কানা মীয়ামমা খুবাক খুহনা মথুং লোয়হনা খুরুমগা - )

ইকাই খুম্মবা সভাপতিনা লুচিংবীহনা তিনবীরিবা মণিপুর প্রজা ইবুং ইপএ, ইচে ইন, ওশিং পুম্নমকী মকমদা মীতৈ লৈমশিংগী মহুৎ শিনা হঙ্গৎচরি —

মথংগী লুমিং নিনি — থাংজ, নোংমাইজিং অহুদি — নিংথৌকাবা তারিক ১১গী অফিস কাবা মতমদা, লৈবাক্কী মপী মপা ওইখিবা সরকারগী মকমদা, লৈবাকী অরার 'সি 'কোক্লবা হায়জবা চংশদা মাওবীনবা হায়রুনা, মনিপুর লিমদা ছুংনা শাও মৌহনা, মনিপুরদা লৈবা লুপী পুম্নমক্কা লাকলিনবা কৈথেল শাও চেল্লে। ' হায়নবা মাইদনা মনিপুরগী অয়ামবা অরকপা কান্তিন কোইবা কথাংগী লুপী ময়াম থোমগৎনরুনা। নিংথৌকাবা লুমিংদা লুপী ময়াম

পুম্নমক্‌ পুম্না তিল্লে। খুগী পুম্নমক পুম্না হৌহুনা দরবার হোল তান্না চংলে। খুমীং অহুগী দরবার শংলেনদি অওকপনি - থোং পুম্নমক লোনশিল্লম্মি। খুগী মম্নাম লৈবাকী অৱাবা কোকপীনবা ৱাকংচগে হায়না হায়জবা লাক্লগা লৈবাকী মপী মপা ওইবীরিবা অওস্না মেম্বরশিংনো থোং লোনশিন্দুনা লৈ - লৈতে হায়বা ফাওবা খংদনা লৈরম্বা মওং অহুদদি — খুগী মম্নাম নিংবা কায়দুনা য়ুম য়ুমদা হম্নবগী মহুৎতা, চাবা ফংজ্রবী, চদংননা চরাম্নবী খুগীশিং মথবাই চাক্লখিহুনা অকিবা লৈতনা —

"থোং হাংবা য়ানবা হোংনৌ" হায়না মকম অহু পুম্নিন নিনখি।

মতম অহুদা চাওবীতোন দেবী থোং মনাক্‌ তান্না চংশিনখিহুনা দরবার হোলগী অকোইবদা কোইচং চত্তুনা য়েংলগা মনিংদা থোং অমা হাংলমহুনা মমুংদা চংজ্রে। লৈকম থোকপা অওম্নশিং কনাম্নু লৈরমজ্রে, ছোট সাহেবকা, চন্দ্রহাস বাবুগা লৈরমহুনা চাওবীতোননা চিংনবা লৈতা ইচং থৌনা সাহেবকী মফমদা হাইখি — "করিনো সাহেব! প্রজা খুগী ঐখোই পুম্নমক্লা ৱাকংচনি, হায়জনি হায়হুনা লাক্লগা তিজরববু, সাহেবনা থোং লোন্দুনা লোত্তুনা লৈবীরবদি কনাগী মফমদা ৱাকংচগনি? সাহেব! থোং হাংদে কশিয়ু খুগী ঐখোইগী ৱাকং তাবীয়ু।" হায়জরবদা —থোং

হাংদোকউ হায়রবা য়াখিত্রে। থোং হাংনবা সাহেবনা হুকুম তৌবা লৈত্রবদা চাওখীতোননা — "সাহেবনা থোং হাংনবা হায়খীদ্রবনিনা ঐনা হাংদোকচরগে নুপী ময়ামগী মাংদা ঙহাক্তুং লেংথে বপীহুনা নুপী ময়ায়া রাকৎচবা তাবীয়ু" হায়না মখুৎ মক্না থোং হাংদোক্লে — সাহেব অহু কিবনি খংদে তানিংদবনি খংদে থোরকউ হায়রবা য়াদ্রে। ঙহাক লৈরগা চাওখীতোননা সাহেবকী মখুদাং পায়হুনা নুপী ময়ামগা মাইয়োক্লনা চিংথোক্লক্তুনা সাহেবনা থোং ময়াদা লেপলরবা মতমদা — "ঙসিদি দরবার মেম্বর পুম্নমক অমত্তা লৈত্রে, সাহেবতা মঙায়রে হৌজিক্তি কায়দ্রে, হয়েং লৈপাকপোকপা তাং ১২গী অয়ুক পুং ৮ তাবা মতমদা কাবকউ" হায়না সাহেব মশা নিক্না ভুমাং কাংহুনা হুকুম অসিদং হায়হল্লমগা থুনা চংত্রে। নুপী ঐখোই ময়ামগী ইনিল তাবদা কিবা ওইবা তাই হায়না থমরগা রাকংফম লৈতবনা নুমীৎ অহুদি নুপী পুম্নমক হমরকখি।

মথংগী মরু ওইরবা থৌদোক অসিদি ঐগী ইঙৎতা শ্রীমতি রজনী দেবীনা লৈবাক প্রজা ময়ামগী মফমদা পাওদমজবনা হেন্না ফগনি। অসি খঙহনা ঐনা ময়ামগী মফমদগী য়াথং লৌজবগা লোইননা শ্রীমতিবু উপুদা কাবনবা কৌজরি।

( মীয়াম্না খুবাক খুহনা তোঙ্গৌ উপুদগী কুমথহনা চংত্রে, রজনী দেবীনা উপুদা কাবগা মখুৎ লোন্না খুরমহনা—)

রজনী – ইকাই খুম্নরবা সভাপতিগী য়াথং লৌজরি, লৈবাকী য়াইফনবগীদমক মিটিং অসিদা য়াওবীদুনা ইশা ইশাগী কান্নবা য়েংদনা ইরৈবাক্কীদমক চোংথোকপীরকইবা, লৈবাকী সেবাদা পুক্নিং চংনা তিনখীররিবা প্রজা পুম্নমকপু হন্না হন্না থাগৎচরি।

ঙসি – এনা খংজা উজহৌবা খরদং লৈবাক মীয়ামগী মফমদা অমুক হন্না পাওদমজগে অশোইবা পুম্বা ঙাকপীয়ু –

( মীয়ামা খুবাক খুঋি )

লৈপাকপোকপা তারিক ১২দা সাহেবকী য়াথং মতুং ইন্না মতম চানা চানা ইমা ইবেলনচিংবা নুপী পুম্নমক অয়ুক পুং ৮ তাব্রিডৈগী মমাংদা দরবার হোল মমাংদা চোন্না তিনখিরম্মি। অদুবু এখোইগী লাইবক থিবদি অফিস মতম ফাওবা ঙাইখি – দরবার মেম্বর পুম্নমক সাহেব য়াওনা মথং মথং দরবার হোল য়ৌনরক্লুনা যা খরবা ওইনা এখোইনা উখি। মতু এখোইনা খংব ঙম্বা রাকম ওইদবগা, ঙহাক লৈরগা মজা ইখুংঙো শ্না য়াইমনা – "স্কুলগী অরুবা খবক অমা লৈরে" হায়না নুপী ময়ামদা হায়জরমলগা চৎখিবনে, সাহেবনা তাকপীবা শোইবগা —

নুপী পুম্নমকী অমত্তা ওইবা খোল্লাওনা —"কোলদা চেং তকপীবু, মপাম্দা চেং থাবীবু, মনিপুরদা চেংগী কোল খম্বীবু, নুপী এখোইনা ঙজগে"। –

হায়রিবা রাকং দাবীশিং অসি তানখি। অস্তুম্না মতম শাংনা কুইনা হুংশা ফোন্থনা করি তাকপীরকদগে হায়না ঙাইখে ঙাইজরগা. ঐখোইগী রাকম অহু খরবীরিবোই নিংলস্বগী ওয়া তৈনবদা

লৈবাক ঙাকপীরিবা শ্রীসরাইজম স্নাজাওবা সিংহ, শ্রীলাইরেনময়ুম ইবুংঙোহল সিংহ, শ্রীসঞ্জেম্বম নদিয়া সিংহ, শ্রীমনিশ্না সিংহ, দরবার মেম্বরশিং অসি দরবার হোলগী মনিংলোমদা লেংথোকখিহ্না নিজ গারদ লোমদা মেম্বর পুম্নমক লোইনা চেনখ্রে হায়না লুপী খরনা উহৌবদগী শাওনখিহ্না—শ্রীমতি তোঙ্গো দেবী, শ্রীমতি শবী দেবীনা লুচিংহ্না লুপী কাংলুপ খরনা য়াম্না থিনা চৈ থাংনা তায়খি।

ইরাই লাইবা লুপী ময়াম্না চম্না রাকংচববু মেম্বর পুম্নমক্না কাইহ্না চংখিবা, সাহেবনস্তু ঐখোইগী হায়জবগী হুকুম পিবীদবা অহুদগী অচৌবা রাখোক অমা ওইহনবীখি।

লুপী ময়াম তুমিন্না ইংনা তপথহ্না লৈনবা ঙমনদহ্না শ্রীমতি চাওবীতোন দেবীনা মাং থাহ্না দরবার হোলগী মন্থুং অমদি মপান্দা লুপী ময়াম্না সাহেবতা কোয়না ওমশন্দুনা হায়খি — "সাহেবনা হুকুম পিবা ঙমত্রবদি প্রজা ঐখোইগী হায়জকম থোকপা মনিপুরগী নিংথৌ শ্রীচুরাচান্দ মহারাজগী মফমদা ঐখোইনা রাকংচরিবা অসি টেলিগ্রাম তৌহ্না খংহনবীরো, মহারাজনা নবদ্বীপতগী লেংঙকপা ঙাইদনা ঙসিমক মহারাজগী স্না য়াথং টেলিগ্রামনা খংহনবীরকদবনি"।

অসি হায়না। নুপী ময়ামগী লাওরকপা অমত্তা ওয়বা ইনিল অহ্‌ তাবদা সাহেবনা – "ফরে ঐ ইশামক্তা ইবীগে, নখোই ময়ামগী মচুং শিনবী বনানো ? নুপী অমা ঐগা লোয়ননা কারদা চৎসি"। অসি হায়না সাহেবনা গাড়ী তোংখংগ্রবদা নুপী ময়ামা –

"হায়শিনরিবনি, টেলি তৌগদবা নত্তে, নঙ্গোক্তুনা চৎকদবগী মতাং তৌরিবনি, চৎপা য়ারোই।" অসি হায়না লাওতুনা তাররগা সাহেবকী গাড়ী কোয়শিন্দুনা থম্বত্তা নহনা সাহেবকী মফুরিং শেগাইতুনা মনা অনি পায়তুনা চিংখি। গাড়ীনা চৎপা য়াত্রবা অতুদা শ্রীয়াম্বেম বক্সনচিংবা অফিসকী মী খরনা সাহেবপু অমুক হম্না দরবার হোল মনুংদ পুশিনখি।

তাঙ্গা অসিদা চেনখিবা মেম্বরশিং তাররকুবা নুপীশিংস্থ হন্নক্তুনা– "চিন পেন্নবদা তারে, মশা ফংনত্রে, ফনবু ফবে কংলয়রবদি মতা চারম্মোই।" অসি হায়না নুপী ময়াম অমুক পুল্লবদা, ঈংখতুনা হন্নবগী মতুত্তা. লৈবাক্কী থবক্তা লুচিংবী ওইনা চোংথোক্তুনা চাদ থক্তুনা নোমাল্লবীশিং -

শ্রীমতি চাওবীতোন দেবী, শ্রীমতি লোইতাম তোম্বী মচা দেবী, শ্রীমতি ব্রহ্মচাঃীময়ুম থম্বী দেবী, শ্রীমতি খোংনাং দেবী, শ্রীমতি ভোঙ্গো দেবী. শ্রীমতি ভায়েঙ্গম অঙোবী দেবী, শ্রীমতি শবী দেবী, শ্রীমতি লৈরেন দেবী. শ্রীমতি জতী দেবী, শ্রীমতি ইবেমচা দেবী, শ্রীমতি ইবেতোন দেবী, শ্রীমতি ইবেন্সান দেবী অসিনচিংবীনা সাহেবকী

মনাক্তা চংহুনা—"সাহেব! টেলি তৌবিগনি হায়রহ তৌবী-ররো সাহেব! করিগী অফিস মমুংদা চংহুনা ফমলিবনো? ঐখোইগী লোয়নমা চংসি, সাহেবপু ঐখোই পুহুনা চংকে।" অসি হায়নরিঙৈদা সিভিল সার্জন, ডাক্তর সাহেবসু লাকুনা মুপী ময়ামগা লোয়ননা সাহেবকী নাক য়েং নাকল মরি-মক্তা ময়াম্না ডাক শেন্দুনা টেলিগ্রাফ অফিস ফাওবা পুখি।

সাহেবনা টেলিগ্রাফ অফিস মমুংদা চংহুনা টেলিগ্রাম ইবা লোয়রগা—"মরোল য়াম্বগা খুদক্তা পাও হল্লকুবা য়াও-বগা লুপা ৩৭।।. চংগনি পৈশা পিরো" হায়খি।

"মুপীশিংদা অরুবা রাক্‌মনি, অস্তুক য়াম্বা পৈশাদি য়াম্না অরাবনি অরাবা, উপায় লৈতে, অচংবা পৈশাসু সাহেবনা পুখোক্‌দবনি"—অসুম্না হায়নহুনা রা অমুক মথা তানদনা সাহেবনা টেলিগ্রাম তৌরগা — "ঐ চাক লাম্মে খানা চারুগে"—হায়না হাথুনা থোরক্কুনা চৎপদা, চৎনবা লম্বী ফংখিদ্রে, মুপী ময়াম্না থঙুনা—" চৎপা য়াদে"—হায়বা খোল্লাওগা লোয়ননা চারাম্নরবী মুপী ময়ামগী মথৌনা লৈনা মরিংজেল লৈবা অহু উবদা সাহেব চৎপা ঙমদনা তন্না অমুক হনজিন্দুনা টেলিগ্রাফ অফিসদা চংহুনা লৈখি।

মতম কুইনা লোপ্তুনা থমমম্বা ঙহাক্কুং খানা রাৎপা মপুক্তা অচৌ অশাং, মুংঙাই য়াইফবনা, অরাবরু খংবীদা মী মচাবু ওৎপীবদা হৌনশা ওইনা, শাগী লমচং ওইবা

লাইজিং লোংবা ওমহৈরদুনা মপুকাচেন কত্ৰবা সাহেব মশা মক্না খুম্বী গ্ৰেথোই ময়াম্বু উকথোকখিনবা হুকুম পিখি ।

কমাণ্ডেন্ট সাহেবতা মী থাদুনা ফোর্থ অসাম রাইফলগী নেপালি সিপাই কৌহল্লুদুনা সিপাই ২৫ (কুনমঙা) লাকখি, ওহৌক লৈরগা সিপাই ৫০ (য়াংখৈ) শুথি অহুদগী অমুক কমাণ্ডেন্ট সাহেবনা "ওবল থেঙ্গন" থোংহন্দুনা সিপাই ৫০ ( য়াংখৈ ) অমুকস্ু থোমজিল্লকুনা অসাম রাইফল সিপাই ১০০মা (চামমা) লোংবৈ মতোংদা সঙ্গিন পান্দুনা, খুংলাই পায়বা লালমীশিং থাজিন্দুনা লালশুম্না, হায়জবা লাকপী, মচু শোল্লিবী খুম্বী ময়ামদা লালদাদুনা তকথোক্লবা হংহোকখি ।

খুম্বী ময়ামস্ু অঁকিবা লৈতা নিংহমবা নাইদনা খুংলাই পায়বা লালমীশিংগী লালথেং ওাকথোক্লুনা ইংহৌক ইনশিন্না থাংখি, অহুবু কপ্পা কুইনা থাংদুনা লৈবা ওমনি । হা- অরাবা নত্তে নোকনিংথনি, নৌকনিংবা — চয়া হৈল্লকলবী ময়াম লৈজত্ৰবী খুম্বী ময়াম অদো লালমীশিংনা সঙ্গিন্না থিন্দুনা, নোংমৈ কুওানা মুহুনা, মথোইউপ খুটনা নেংথোইদুনা তকথোক্লগা কনানস্ু হন্না য়েংবীরমদা চংনগ্রে । টেলিগ্ৰাফ অফিস মমাদা মশা মও তেক্লুনা, ইনা পুনভাং ওাংনা তৈরবী খুম্বী ময়াম কনাস্ু হন্না য়েংবানিংওাই লৈতনা, লম্বী সোরোক্তা উফুল মরক্তা ওন্দুনা লৈখি ।

অসি হায়জরগা লোইশিনজরগে; ঐনা হায়জত্রবস্থু
অমনদি হায়রকপা য়াই হায়রবু—(থয়না খুবাক খুরকপদা)
হাঁ। - ওহাক্তংগা তাবীনি ঐ ইশাসক্কা য়াম্না তমজনিংলে।
মীয়ামগী য়াথং লৌজরি।

মীয়াম—ওাংখো ওাংখো, হায়খো হায়খো।

রজনী—নুমিং অসি অশোক অনা পুন্নমক ডাক্তরদা থম্মরগা কনানস্থু থিংলুবা লৈতনা মশা মশানা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল কানখিদ্রে। নুমিং অসিদগী কৈথেল লেপ্তুনা নোংঙানবা ওাইওমদনা। সুপী ময়াম হৌনবা লৈতা তিন্নদুনা চেং তক্লবা কোল লৈবা মকম পুন্নমক্কা চত্ত না চেং তকপা থিংখি।

তারিক্ ১৫ ঈরাই নুমিত্তদি মহারাজস্থু লেংথোরক্লে অহ্ ফাওবদা হুরান কৈথেল লেপ্পা লৈতে, মনিপুরদা লৈবা সেপ্পাও পায়বা ললোনবাশিংনা থুদোং চাবা লৌদুনা প্রজাগী মাম্মোক্কা লেপতুনা মীয়ামগী ঈ চুপ্পা তোকপা নাইদে, মীয়াম্বু থোওইদনা চেং কাওবা তকপা য়াওরক্লে। সুপী ময়াম অমুক হৌদুনা অহানবা মক্কদা চীংমৈরোং তান্না চেং তকপা কোল মকম খুগাইথা চংলি।

ইনাক খুনবা মহাজনশিংত্তবু ওাক শেননা য়োকখত্তুনা পানজরিবা সরকার শরক শিহ্নদনা—বড় সাহেব, ছোট সাহেব অনিমক চেংথোম্লক্লে অভতা নত্তনা অনি চংদুনা অকনবা হুকুম অনিনা সুপী ময়াম থিংদুনা কোল সুগাইথা তাকক্লে। মিল মপু গান্দিদা পৌখনা কক্কদুনা মকৈগন নিক্কা

—"মনিপুর প্রজা চেংকুপ রাইকুপ পিজগনি" – হায়না শ্রীকস্তুরি বাবুনা খোনজাও থানা লাওথোরক্লে।

অঙকপা ওইরে অঙকপা – শেল্লেপ য়াওদনা সেন্দোং চাওনা তানবা কয়া থোরক্লে, নিংথৌগী, সাহেবকী, সেঞ্জাও পায়বা মহাজনশিংগী, মপু নিংবা মনাই শকনাইবা কয়া কয়াস্থ য়াওরক্লে। কিহন্দুনা, পামহন্দুনা – জেল চংনিংব্রা" হায়বা ঠক, "লুপা চিন্দা ওন্দুনা লৌহৌসি" — হায়বা চুরাম্বাবশিং কোয়চং চংলক্লে। মাগী মাগী ফননবা লৌতুন-দুনা মা মাতগী কান্নবা য়েংমগ্রে। পুন্না অমত্তা ওইবা নুপা ময়াম অহুম থোক্লা চিংখাইবীগ্রে। চমনা লৈঙবা প্রজাদা অরা কোকথোংনবীরে। খংজ হৈজদবীনি, ময়ামগী মফমদা শোইথি লানথিবা খিবিক ঙাকপিয়ু হায়জনা খুরুমজরি।

[মখুৎ লোন্না খুরুমহুনা মীয়ান্না খুবাক খুনা, উপুদগী কুমথহুনা ফম্গ্রে।]

কুলবিধু – (প্রেসিডেন্টগী য়াথং শৌনা) প্রেসিডেন্টগী য়াথং মতুং ইন্না মথং অসিদি ইকাই খুম্নরবা "নিখিল মনিপুর মহাসভা" গী সভাপতি শ্রীহিজম ইরাবত সিংহনা মীয়ামগী মফমদা রা ঙাংবীরনবা হায়জরি।

(মীয়ান্না খুবাক খুথি)

ইরাবত – (উপু কাহুনা খুৎ লোন্না খুরুম্নগা)

পুকচেল চাওরবা প্রেসিডেন্টগী য়াথং মতুং ইন্না —

ঙসি পুলিস বজার লমপাক অসিদা তিনবীরিবা মুংশিজরবা দেশবাশি মরুপ মপাং পুম্নমক। ঙসি ঐনা মী-য়ামগী মফমদা রা খরা ঙাংজবা ফংবা ঐগী লাইবক ফবনি।

ঐগী ইথক্তা মনিপুরগী মমা ওইবীশিংনা মনিপুরদা ইমাশিংনা রারিবা মরম খিবিক মীয়ামগী মফমদা খংহন-বীগ্রে। থৌদোক অসিদা লাইবক থিবনা ইশামক্তি মনি-পুরদা লৈজহৌগ্রে, কছারদা মিটিং অমা চংচরুবনা পাও ওইনতা মতাজরে। হেক থোকচরকপগা লৈবাক মীয়ামগা উনজবা ঙমজহৌদবা অরাবনি,- ময়ায়া ঙাকপিয়ু। মতুগী মরম হায়া ময়ামদা শেংদোকচগে—

শোক ১৯৩৪ ইংদা ঐগী মুংশিজরবা মরুপশিং শ্রীবঙ্কবিহারি শর্ম্মা, শ্রীললিতা মাধব শর্ম্মানচিংবসা লোয়ননা "নিখিল হিন্দু মনিপুরি মহাসভা" লিংখংখি। মনিপুরগী মহারাজ সার শ্রীচূরাচান্দ সিংহনা সভা-পতিনি। মতুং শোক ১৯৩৮ ইংদা চীংঙাদা ফমখিবা অধীবেসন্না ঐবু সভাপতি খনবিখি। মতম অদুদা "হিন্দু মনিপুরি" হায়বা রাহৈ অসি লৌথোক্লুসা "নিখিল মনিপুর মহাসভা" হায়না থোনখি। ঐনা সভা অসিদা য়াওজবদি লৈবাক মীয়ামগী সেবা তৌজগে খনজহুনা য়াও-জরুবনি অদুবু ঐগী সদর পঞ্চায়েৎকী মেম্বর ফম্, মীনাই মচা অদুনা অপনবা ওইহুনা ফম মচা অদু থাদোকচগ্রে।

ঐগী হুংশিজরবা ইনাও শ্রীএলাংবম তোমপোক সিংহসু লৌরুংশংগী কেরানী ওইবা ফম অহ্ তোকখ্রে।

অসুম্না সভা অসিনা লৈবাক মীয়ামগী কান্নগদবা রারেপ কয়ামুক লৌহুনা মরু ওইনা — (১বা) মনিপুরদা পূর্ণদায়িত্ত শীল শাসন পিনবগী দাবী, (২বা) চীং তমগী শাসন পুনসিন্নবগী দাবী, (৩বা) রানী গাইদেলুমু জেলদগী থাদোকুবা দাবী অসিনাচিংবা অসি থবক ওইনা পাংথোকুবা হোংনবা, অসিগী মথক্তা ঐনা হেক থোকচরকপগা হৌজিক্কী মতমদা মনিপুরগী ইমাশিংগী ওইবা ইতিহাসিক ওইরবা "নুপী লাল" হায়নরবা অন্দোলন্ অসিগী মরমদা মহাসভা-না খন্নদবা য়াদবনা খন্নজবদা — অয়াম্বা মেম্বরনা নিংথৌবু, সাহেবপু কিবনা মরি লৈননিংদ্রে। হাঁ—হুংঙাইরিবদি—য়াদবতা নত্তনা মহাসভাদগী রিজাইন তৌহুনা চেন্নখ্রে।

মসিনা করিমতা নিংহন্নিংঙাই ওইদে। মীশকশিং অদো মশাগী ওইজবতা থিবা, কান্নবতা য়েংবা ঙাক্তনি — তুংদা সোইদনা মীশক খংনরক্কনি। হৌজিকতি — মখোইগী মায়োক্তা প্রজা সম্মেলনী শেমহুনা — সেক্রেটরি ওইবীরিবা হুংশিরবা ইনাও শ্রীএলাংবম তোমপোকনচিংবা (a) শ্রীখোগেন্দ্রজিৎ সিংহ, তখেলময়ুম অমু সেলুং, কারাম বিহুর, পি, তোমাল, লাইশ্রম কহ্নাই, লোংজম বিজয়, হাইস্নাম নিত্যাই, তখেলম্বম্‌ইবোতোম্বী, তেনসুবম লক্ষেল,

(b) শ্রীমাইমোম মধুমঙ্গল সিংহ শ্রীওক্রম ইবোমচা সিংহ, কবিরাজ অসিনাচিংবনা লমজিংবীহূনা "প্রজা সম্মেলনী"গা লুপীশিংতগী ওইবা "মহিলা সম্মেলনী" য়াওনা চোংথোক-পিরক্লে। হেন্নহূম পাঙ্গল কনখংলে। মরম খিবিক অসিনগী মতম খরা চোহুখিবসি লৈবাক মীয়ামনাঙাকপীয়ু। হৌজিক্কী মনিপুর মীপুম খুদিংমক্না খংবীরি — ঐখোই মীনাইগী মীনাই নাইথাংনি। সাহেবকী মথাদা নিংথৌ, নিংথৌগী মথাদা ঐখোই। কোক লৈপাক পক্না লৈবা মিংচিনা হাইফেং মখোইদা য়েংবা য়াবা নত্তে। শাসন অসিগী মথাদা মনিপুর প্রজা ঐখোই অসি শাদগী হেন্না তোন্না থমলিবনি।

নিংশিংবীয়ু টেলিগ্রাফ অফিস মমাংগী থৌদোক চুম্নতা ইমাশিংনা চানিংঙাই লৈতবা, চরা হেল্লবা ঐখোইগী চাননবা চেং নিজক্নবদা নোংমৈগী শঙ্গিন, কুন্দাগা, খোংউপ বুটকা ওইনা কংলে। চেং থুম্না অমগী মমল ঈ খুজোক অনি পিরে। ঈ পিদ্রবদি, ঈ লৌদ্রবদি মশানা খংনা মনিপুরদগী চেং থাবা থিংদে, লেপ্পা লৈতে। চুম্নগী ঈ নত্তে ব্রাহ্মনীগী ঈ য়াওরবা ইমাশিংগী ঈ। ইমাশিংনা মচাশিং ঐখোইগী চানবগীদমক, লৈবাক্কীদমক, মখোইগী ঈ কংথোক্লে। মচা ওইবা ঐখোইনা মখোইবু কিহূনা মখোইনা ফাহূনা জেল চংগনি, হায়না জেল কিহূনা, বা

ঙাংবা থোক্তুবগুম তুমিন্না উশিন্নদা খংশিন্দা লৈখিসিন্না ?
মীয়াম —(খুবাক খুনা) লৈররোই, ঐখোই তুমিন্না লৈররোই
ইরাবত— পৃথিবীগী ইতিহাসতা মুপীগী ইজৎ ঙাকপদা মশা
মশাগী ঈ বলিদান তৌনরিবনি, মনিপুরগী মুপীশিংগী
ঈ ব্রাহ্মনীগী য়াওনা লৈবাক তাগ্রবনি, ঐখোইস্নু ইশাগী
ঈ বলিদান তৌগদবনি । ঐখোই শা নত্তে মীনি, মখোইগী
তমথিনা লাল্লবা মরাল অসি চুমথোক্কুনা লমন খুমলসি,
ইমাশিংগী লমন শিংদুনা ইরৈবাক্কী ইজাতিগী সেবা
তৌরসি ।

(ময়াম পুম্নমক অমত্তা ওইনা খুবাক খুখি ।)

ঐখোইনা তানরে খংনরে মরৈবাক্কীদমক্তা শিবা কিদবা
লিংজেন মান্নবনা চাওখলব। রুস, জাপান । ঐখোইনা
মিং ফাওবা পাংজবা ঙমদনা কিদুনা লৈদ্রবদি — মিংনা উবা
ফংনা লৌখিবা ঈ অসি নত্তবা উবা ফংদনা ঈ চুপলিবা —
মনিপুর প্রজানা হেক পোকপদগী শিবা ঙাইনা অরাবা
পোংলুম কোকথোংনরিবা — অমাং অশেং, চন্দোন সেনখাই,
পাচ নাপেং, মায়রেক শস্ত্রি পীয়ন আমিনগী চাকথাক,
পোথাং বেগার, দোলায় লেং অসিমাচিংবা কয়া কয়া.
ধর্ম্মগী নামাদা ফাও প্রজাবু ওৎ নৈন্নুনা, প্রজাবু কিহল্লুনা.
প্রজাবু নমথদুনা শুপনম শাসনগী খুদোং চাবা লৌরিবসি
মরা তাগ্রনি । ঐখোইনা নিংহন্নবা লৈতনা,

অঙ্গামা — "অকংবা কিবু মহি তানবা শুরঙ্কম" — ওং নৈরিবা খাংবা তমত্রবা পুম্নমক অসে মত্র ফুক্তোক্লনা লংখোক্লসি।

(মীয়াম্মা খুবাক খুশি।)

তসিদগী ইখোঐ পুম্নমক ইশা ইশানা অমত্তা ওইনা পুন্নুনা মখোইগী মায়োক্তা চংসিনসি — অমাং অশেংগী প্রায়শ্চিৎনি হায়হুনা হিন্দু ধর্ম্মগী নামাদা লৌরিবা শেল — লুপা ৮৩.১ শাই (লুপা মরিকুক্তমদোই শিকি শাই অমা) ধর্ম্মগী মপু ব্রহ্মসভাদা পিরুরগু, পিনরগুসি — মাংলসনু — অমাংবা মীশক ওইনা নৈরো, ঐখোয় ময়ামন্তু অমাংবা অচুগা তিন-চুন পুম্নাং মাংমিন্নরসে, মখোই অশেংবা খরদো শেংলা নৈসনু, ঐখোই অমাংবা ময়াম্মা কোন্না অমুক লৌশিনবীসি।

(মীয়াম্মা লোক্তা খুবাক খুশি)

অস্তুম্মা খেন্না শেল নমহুনা লৌরিবা, প্রজা মীয়াম ঐখোইশু নমহুনা লাক্লসি শেল পিনরগুসি।

য়ারেক সন্তি, পিয়ন অমিনগী চাকখাক, পোথাং খেশাক, দোলায় লেং পুম্নমক অসিগী শোংলুম, শিঙ্গা ঐখোইনা কৌহল্লগা ঐখোইনা পিহল্লিবা ঐখোই মশেল্লা চুংশিনজনবা হুকুম — শিঙ্গা পিনরগুসি শিঙ্গা অহুম্ন লৌরগনি।

ঐখোইনা ইংখোল মফুংদা হৌজরকপা তেম্না মশেলগী [illegible] সাত্রা মপুনা [illegible]।

পুন্নমক অসিগী মথক্তা ইথে.ইগী লৈবাক্কী মপু ওইরি-বদি লৌমী, শিনমীনি। রাবদি ঐথোইনা মরারে চাদ থক্কা উজবা লৌফম অহুদগী থোকনকপা ফৌ অহু লৌমীনা চাবা ওক্না ফংজদে। লৌপু মহাজনগীদি চহি খুদিংগী কৈ চোন্না হৈনবা হোংনরি। অহুবু লৌমী অহুনা চানিংডাই লৈনন্ত্রদুনা রারবা মতমদা ইশানা উক্তদুনা ইশানা হৈজহুনা থম্মুরিবা কৈ চোন্না লৈবা ফৌ অহুমক্ মহাজন লৌপুদগী ফৌদোয় কাহুনা অমুক পুক্করগা চারি। লৌয়াম চাবা মহাজনশিংনা লৌমীদগী হেন্না হেন্নস্থ লৌবীরগা পুথোক্না পুশিনগা তৌবীহুনা, লৌ ফাওবা শংতোক শংচিন তৌনা কিহন্দুনা লৌমীশিংবু মীনাই ওইহল্লি। কনাগুম্বা লৌমীনা অহেনবা ফৌ তাইবা তারবস্থু ফৌ লৌরিবা মহাজনা মমল লেপপি। লৌমীনা মমল হায়জবা লেপচবা ঙমদ্রি।

হুকান্দা ফৌ তাইগে পুথংলগা গাদিদা পোংলিবা শেঞ্জাও পায়বা মহাজন্দা — "মমল কয়া পিবীগদগে" — হংজরি। মহাজননা পিনিংবা মমলস্থু পিরগা, ফৌ থম্বদা মাংখিগদবা উচিখাংনচিংবগী হিসাব হাপ্তুনা সের ৫০ (য়াংথৈ) না মন শাদুনা য়োল্লি। ফৌ হোন্দোক হোনজিনস্থু লৌমীগী শরুক্লি। অস্থুয়া শেঞ্জাও পায়বা, লৌয়াম চাবা মহাজন-শিংনা নৈবীরবা লৌমীশিংনা, শেল থুমগী অরাবা পোংলুম অসি পুবগী মথক্তা শাসনগী ওং নৈবীবগী অরাবা পোংলুম অমুক নমহুনা থাঙ্গংপিরি। হোৌগংনবা উপায় লৈতে।

অঙ্গম্বা রানা রানা পুক্ত নোংজরিবা চাবা কাওবা কোয়রবা শিনমীশিংসু অহ মঙাই। মোমী শিনমী মরামদগী নৈহনা, মখোই খরক্তনা শাসন পায়রগা নোক্তনহনা, মখোই মাগী ইতিং খুংঙাইদগী মা নকপা খুংঙাইনা পাল্লবা পোরাংতা মখোই। মীয়ামগী অরা অনংশা চাখল মখোইদা লৈতে। শাসন অসিগী মখাদা লৈবানা প্রজা ঐখোইগী যাইফবা পুংক্রোই।

অদিনা ব্রিটিশ সাম্রাজ্যবাদনা ওং নৈরিবা অসিগী মায়োক্তা ভারত শিনবা পুংনা নিংতম্নগী লানফমদা অচৌবা ঈহৌ অমা হৌরবনি। মহাত্মা গান্ধিগী লমজিং মখাদা অসহযোগ আন্দোলন ননকোওপেরেশন মুভমেন্ট, সত্যাগ্রহনাচিংবা অহিংসা অন্দোলন কয়া চংথরি। অতোপ্পা খুৎলায় পায়দুনা টেরোরিষ্ট মুভমেন্ট — ভগৎ সিংহ, খুদিরামগী লমজিংদা পঞ্জাব অমদি বেঙ্গলনচিংবা ভারতকী মফম কয়াদা খুৎলায় পায়বগী লানসু হৌরে। অহুনা গভনমেন্ট অসিগী মায়োক্তা, শেঙ্গাও পায়বা, লোয়ামচাবা মহাজনসিং অসিগী মফমদা, মনিপুর প্রজা মীয়াম পুন্দুনা মনিপুর শিনবা পুংনা ফুজন্নবা ঐখোই ইশা ইশানা হায়নবা নায়দনা লমজিংলসি। ঐখোই খংহনগদবনি "মখোই খরগী ঐখোই প্রজা মায়মী লৈগদবা নত্তে, ঐখোই মীয়ামগী মখোই খরা লৈরিবনি হায়বসে"।

মরম অসিনা হৌজিকী শাসন অসি মমি তাহন্দনা

মুথৎতুনা, ইনৌ নৌনা, প্রজা ঐখোয় মীয়াম্না খঙবা, প্রজা মীয়ামগী মীহুৎনা শাসন তৌহুনা – "নিং তম্না মীগা মীগা খেন্নবা লৈত্রবা, অচৌ পিশক অনেম অরাং চপ মান্ননা পানমিন্নবা সোসিয়েলিজম সমাজ" – ওইহন্দুনা মীয়ামগী পুন্সি অসি চপ মান্নহুনা প্রজাগী লুংঙাই য়াইফবা পুরক্লবা হোৎনরসি।

( মীয়াম্না অমগুা ওইনা খুবাক খুখি )

অসি নত্তহুনা – ঐখোই প্রজা মীয়ামদগী লুৎানবা, ফোংনা লুট তৌবা ওস্বা শাসন অসিবু ঐখোয়না কিহনা হেক লৈরিবমখৈদি ঐখোই মশেল অরাবদা নদো পোনহুনা মীরোল অসিদা নত্তনা হৌরক্লিবা মীরোল কয়া কয়া ফাওবা কোক্তা খুৎ হাপ্পুনা পাল্লনি। অসিনা – ওসি তিনবীরিবা নুংশিরবা দেশবাসী মরুপ মপাং পুম্নমক। নুপীশিংগী মাং থানা নিপা ঐখোয়না চংশিল্লসি – হৌজিক, মনিপুর ঐখোইগী মপুং ওইবা নুপাতনা ফাজবা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেন পুলিস লেন কৈথেন, কাদহনা লেপ্লিবা অসি ঐখোয়স্থ বোইকোট তৌহুনা কৈথেল কানদনা, লেপ্পাগী লেপ্প রাজরক্রবা ইমাশিং অসে য়ুম য়ুমদা পোথারসমু – "নুপী কৈথেল"গী মগুঙা ঐখোইনা অতোপ্পা মফমদা "নিপা কেথেল" ওইনা কারসি।

অসুম্না – মতম'কুইনা মীখা পোন্দুনা লৈরিবা মনিপুর অসিবু মপুং ফানা মনিং মখা ওস্বা গণতান্ত্রিক রাজ্য অমা

ওইহন্দুনা, মনিপুরগী নাগরীক পুন্নমক্না সমাজ অসিদা অমত্তা ওইবা মচিন মনাওগুম্না খুদোং চাবা চপ মান্নবা ফংহনা হিংমিন্নবা নিংতম্বগী লালফমদা চংশিল্লসি। মসিদা হৌজিক মনিপুরগী – সাহেবনা, মহারাজনা অপাম্বা মীশক খন্দনা হাপ্পা অত্তম অথৌ. ফমনা:ইরিবা ইচিন ইনাওশিংনা কমলিবা চৌক্রি, কোন্দুনা তেক্লুনা ওন্থরকপা ভাইবীবা মতম নত্রে নোংমদি লৌমী শিনমী ইচিন ইনাওশিংগী মখুবাক্তা শোয়দনা তারগনি। (ইন্সপেক্টর পুলিস এস. আই. অমনা ফাইল অমা পায়হনা কোয়েং অতাংবা পুলিস কুল পায়বা খরগা হাথুনা চংলক্লুমা সভাপতিবু কোয়শন্দুনা লেপ্লগা— )

আই – ( সভাপতিগী টেবল পায়না উশিং থওইদনা ) মিটিং অসি হৌজিকমক লেপপু। মীয়াম পুন্নমক মফম অসিদগী চংনথ্রো। মফমসিদা কনা অমত্তা লৈবা য়ারোই—

তি – ইবুংঙোনা হায়দ্রবস্থ ঐখোই মিটিং অসি লোইরনি পংকুই কুইররোই। ঐখোই পুন্নমক লোইনা য়ুম য়ুমদা ময়গদবা ডাক্তনি, কনাস্থ মফম অসিদদি লৈনরোই।

।ই. – মিটিং অসি হৌজিকমক তোক্লবা, মী অমত্তা তিনদ-বা হায়বা লাক্লিবনি, মনিপুর স্টেট দরবারগী হুকুমনি।

মিটিংনিনা অমস্থ অমস্থ

ায়দনবা ওহাক মগুায়রো ইবুংঙো !

ই – মতু য়ারো ।ই – হনবীরো হমবীরো ময়াম হনবীরো।

নুপী ময়াম শোমদা চংলকউ। তাঙবরা? নুপী ময়াম সিদা— সিদা লাও।

তোংঙো—(চংলক্লুনা) করিগীনো ডারোগা বাবু! ঐখোই নুপী ময়াম কৌরিবো?

এস আই.—(শাওনা) নখোইবু খোমজ্রাম আই. পি. সাহেবনা ময়াম ঊননিংঙুনা থানাদা লাকউ হায়না কৌরগা, লাক্লিবা করিগীনো? (চে পুথোক্লুনা) নখোই মরু ওইবী নুপী খরা সোয়দনা লাকনি হায়রুনা সহি তৌ।

খোংনাং—(চংলক্লুনা) করি হায়রিনো করিগী সোইনো?

এস. আই.—চুমতা হুকুম পিবদা নত্তনা পুলিস য়াওনা থাগ্রগা, থওইদনা লৈথোকপা করিগীনো? নখোই ময়াম সোয়দনা লাকে হায়না নখোই অনি সহি তৌসে।

তোঙো—নখোইনা ঐখোইদা অকন অরিং শিংঙুনা সোইই তৌ হায়রিসিবু, ঐখোই সহি তৌবা ঙম্মোই।

খোংনাং—ঐখোই সহি তৌবস্যু ঙম্মোই, লাকস্যু লাকওই।

রজনী—(থোরক্লুনা তারম্বদগী) নুপী ঐখোইবু হুরানবীদোনা অহুগুম্বা নখোইগী অকন অরিং শিংবা হুকুম, নখোইগী অশিংনবা অকনবা রাহৈ অহু তাবদা অকনবা রাহৈনা পাওখুম পিরেদো ইবুংঙো বাবু!

শবী—(চংলক্লুনা) মিটিং তৌরিঙৈ মতমদা নুপীশিং ঐখোইবু কৌবগী মরমদি করিগীনো বাবু?

এস. আই-(কাইন কাক্লুনা) কৌ গাড়ী ফারগা থানাদদি পুরক্লুনা

কচ্ছরিদা করিগী থমলূরিবনো ?

শবী ঐখোইনা ফৌ গাড়ী ফাবা মতমদা থানাদা গাড়ী ফাবীবা ভগ্না বাবু কনাস্থু লেভে। অহুন কচ্ছরিদা লৈবা শল্লিদা শিন্নহুনা থল্লগা বড় সাহেবতস্থু ঐখোই ময়াম চংহুনা তাকৃবনি।

এস. আই - করে অহুদি — নখোই ফৌ গাড়ী ফাই হায়হুনা নং সহি তৌ সে।

মুপী ময়াম—(খুবা থাঙ্গংনা চংশিন্দুনা) মথনতগী মরম্নাই নত্তে, ঐখোই মুপী পুম্বা সহি তৌগনি।

এস আই —(শাওনা লাওহুনা) নখোই খুদিংমক লোইনা সহি তৌবা ম্নারোই।

খোংনাং লাও খোংমুদা বাবু! মুপী পুম্নমক সহি তৌবা ম্নারোই হায়রবদি মথনতগী মরম্নাই নত্তে হায়রিবসিনি, মাস্থু সহি তৌহল্লোই।

(শবীবু তুংদা ইন্থোকুনা থম্মী)

এস,আই. ফত্তে, নিংথি নিংথিনা ভাংনসি নত্রবদি জেল ম্নৌগ্রবী মুপীশিং অদুগী মতুং নখোইস্থু ইনজগনি।

মুপীশিং — করি হায়বা ? জেলদা মুপী —

রজনী — কনা কনানো ইবুংঙো বাবু জেলদা ফাহুনা থম্মীরিবা মুপীশিংদো ?

এস, আই, — (ফাইল ফাক্লা) লমহেনবীশিং অদো ?

থংনিংম্না ? নখোইস্থু ঐগা লোয়ননা চংহৌসি নত্রবদি

নখোইস্থু মখোয়গী অমহা ওইজনি ।

( চে য়েংহুনা ) মিল ওনারশিংদা ফৌ য়োনবা লাকপা কৌ গাড়ী ফারুবীশিং অসিবু নখোইগী কাংবু নত্রা ? মোইরাং লোমদগী কারকপা গাভী ফাবী—সেগা লম্বীগী লুপী ১০ নি—(১) লাইশ্রম কবোকলৈ (২) ইংঙুদম তোম্বী (৩) তোংব্রম অমুবী (৪) য়েংখোম খোম্বৈ (৫) লাইশ্রম লুপীমচা (৬) কৈশাম কবোকলৈ (৭) কৈশাম লোইদাং (৮) তখেল্লম্বম চাওবীতোন ( ৯ ) থুন্দ্রকপম লৈবাক্লৈ (১০) হিদাম অপাম্বী ।

খুরাই মাইকৈরোমদগী লুপী ৯নি ।

(১) চুংথাম অনৌবী (২) লৈশুংবম তোম্বী (৩) থৌদাম সিজ {৪} মুতুম চাওবী {৫} চিরোম মেরা {৬} সোইবম মেরা {৭} রাহেংবম তোম্বী (৮) পুখ্রম্বম ইবেমনি {৯} সেঞ্জম চাওবী ।

রাংজিং হৈরোক মাকৈদগী লুপী ১৪নি ।

{১} তখেলচংবম লুংশিরৈ {২} চিরোম থম্বাল {৩} লাইশ্রম লৈরেনজাওবী {৪} মোইরাংথেম লৈমতোন {৫} নাওরেম কৈনা {৬} কোনসম কোম্লু {৭} খুমন্থেম মালিকা (৮) থুনদ্রাকপম থম্বালৈ {৯} লাইশ্রম খুমলৈ (১০) মোইরাংথেম কোন্দোললৈ (১১) ওইনাম অঙোমচা (১২) লাইশ্রম তমফা {১৩} খোইদোংবম চাওবী {১৪} মোইরাংথেম কৈনা ।

অসিনচিংবী লুপীশিং অসি ফাহুনা জেলদা থমখ্রবনি । নখোইস্থু আই. পি, উনহুনা নিংথিনা হায়নহৌ নত্রবদিনে

তাঙ্গৌ — নল্লবদি নখোয়ম্সু জেল পিনি সিদনি।

ফৈ — নখোইনা ফাখ্রিবা নুপীশিং 'তু হুরানবী নত্তে, ময়ুমগী মচা মরা থাক্লবা ফো গাড়ী ফারূবা নত্তে। লৈবাক্কী প্রজাগী চানিংঙাই লৈত্রবা চেং কংনবা, হোংনবা হোংনবগী। ফৈ — ময়াম্না হোংনব্রিবসি তলব চাবা বাবু নখোইগীদি য়াওবা নত্তেনে ?

খোংনাং — মখোইগী শক্তি মিল: মপুশিংদা য়াওখ্রে অতুনা লৈবাক্কীদমক ফারকপা গাড়ী ফাবীয়ু হায়বদি য়াদ্রগা, হুরান-বা, মীগী মপুক লুট তৌবা ঙমলবা সেঙ্গাও পায়বা মহাজন-শিংগীদমক্তা, ফো হুরাললম্মে হায়তুনা তাকচরুবা নুপী-শিং ফাবীদুনা জেল য়ৌখ্রে।

রজনী — য়ৌখিসনু — জেলদা থমজসনু, নখোইনা জেলদা থম্নবা ফাখ্রিবা নুপীশিংবু থাদোকউ য়াদ্রবদি, নুপী মখোই খরতগী মরম্নাই নত্তে, ঐখোই নুপী পুম্নমক, নখোইনা ফাবীদ্রবস্সু জেলদা লৈনি জেলগী থোং লাওনা হাংদোকউ হায়রম্মু চংলো। ঐখোই মিটিং লোইখিগে।

শবী — ঐখোইনা জেলগী থোং হাংদোকউ হায়বদা য়াদ্রবদি ঐখোই পুম্নমক চংতুনা জেলগী থোং থুদেক্কনি। ফাখ্রিবা নুপীশিংতগী মশরুক নত্তে হায়রম্মু চংলো ঐখোই মিটিং লোইদ্রি।

নুপী ময়াম — মিটিং লেপ্লিরনু মথা চথবীরো।

(মুপী ময়াম মাগী মাগী মফমদা চংতুনা ফমখি। )

এস. আই. – মিটিং লোইরে, মখা চথবা য়ারোই সরকারগী হুকুমনি। ইম্ফালগী অকোয়বদা—"হল্রেট কোর্ট কোর — ১৪৪ সিআর.পি.সি. ধারা জারিরে মা ৫ গুনা তিনবা য়ারোই।

বীজয়– মহুনা সরকারগী হুকুম হায়বহুনি অনৌবা নত্তে। গভর্ণমেন্টনা প্রজা ঐখোইগী হৌরক্লিবা ঈহৌ অসি নমথনবা চুয়া পাও পুবীরকপা নত্রা ? হুকুম তৌরকপা মপুদা পাও অমুক হনবীক্লরগা লোইরে ঐখোইদা অপনবা পিববু করি মখা পাম্বীরিবগে ?

এস. আই মখা হায়ববু হৌজিকমক ময়াম হংরো মফম অসিদা মী তিনবা য়ারোই।

বীজয়—মহুদি খংঙবা য়ানিনে।

এস. আই – খংঙবদি করিগী ময়াম কায়দনা থাংহুনা লৈরিবনো ? সরকারগী হুকুম থুগাইরে—

কুলবিধু + বীজয়মাচিংরনা—

ঐখোই মিটিং লোইদ্রি মিটিং লোইশনখিনি।

এস. আই. — কৈ – কৈ

( শাওনা খুনা-হনখ্রে কনস্টেবলশিং ইরখ্রে )

ইরাবত– দেশবাসি মরুপ মপাং পুমনক ! ঐখোই হৌজিক পম্বা য়াদ্রে ঐখোই মীয়াম অমত্তা ওইনা পুন্সুনা ঐখোই মীয়ামগী মরু ওইনা য়েকবা মপু শাবাশিংগী কায়োক

লেংদনা লেপ্তুনা অনৌবা শাসন অওনবা সমাজ অমা পুরক্লবা মপুনিংবা মীনাইশিংদা হাম্না খংহনবা তাই - "মপুদি ঐখোইনি মখোই নত্তে।" ঐখোইদি অচুম্বদা অকিবা লৈতনা লিংজেন মাম্নবা, খাংবা কনবতনা মখোইগী নোংমৈগী মমাংদা লেপকদবনি। ঐখোই ইশা ইশাগী য়েংদনা মীয়ামগীদমক, চৌরক্লিবা মীয়োনগীদমক থবাই কাওবা কথোক্কদবনি। অমত্তা ওইবা খোল্লাওগা লোয়ননা থবক ওইনা চংশিন্দুনা মখোইগা মায়োক্লুনা ঐখোই লেংদনা লেপ্পা তারি- "ঐখোই মানাই নত্তে ঐখোইনা মপুনি, লৈবাক অসি ঐখোইগীনি, ঐখোই মীয়ামগী ঐখোইগী"— মতুংগী রাকম নত্তে হয়েংগীস্থ নত্তে ঙসিদগী হৌজিকমক—

মীয়াম - [ খুবাক খুনা ] ঐখোই পুম্নমক লেংব্রবনি লেংব্রবা।

মেরা - [ খুনা তফিংনা চেনশল্লক্লুনা ] তাইবুংঙো লেংথোকপনা করব্রা ?

ইরাবত - কদৌরে ইবুংঙো মেয়া তফিং ! তফিংনা ?

মেরা— মত্তৌ অমনি তাইবুংঙো ! সরকারগী হুকুম থুগাইরে হায়দুনা হয়িং খোংবান্দ লৈখিবা - পুলিস সিপাইশিং রাকোক পায়রবদা নত্তনা নোংমৈ পায়রবা সিপাইশিংনা মিটিং তোকও, লেপ্পো হায়বা যাদে হায়দুনা মিটিং য়াওরিবা মীয়ামগী মথক্তা লাল ওইনা তারক্লদৌরে। সিপাইতনা পুংমু মুনা মশিং থিবা ঙমদবা মখে পৈদুনা লৈহৌরে।

থরা খুনা লেংসি—

ইরাবত—হাঁ—ঙসাই মখৈ কদায় লৈরুই ?

মেরা—ঐ অস্থুম মিটিং য়াওহুনা লৈজবদগী ডারোগা সিপাইশিং অত্রগী মতৌ অহুদা চিংনহুনা মখোইগী মতুং ইন্দুনা য়েংজরুবনি ।

ইরাবত—য়েংউদ্রবস্থু খংলবনি মখোইগী মথৌ মীয়াম্বু নমথবা প্রজাদা ওং নৈবা ।

মেরা - তাইবুংঙোদি লেংথোকপিখিবনা ফরে ।

ইরাবত—ঐদা করীগী ?

মেরা — মীয়ামস্থু হল্লোইদৌরি বজারদা য়োন্নবা পৈরিবা শিংঙৈপাক মখুং চাবা অমমম পায়নপ্রে, সিপাইগা মায়োক য়ানহুনা লাল থেংনরবি হায়না মী অমা ফাওবা চেন্দনা চপয়ুংনা লেপপ্রে মসিদা ফগুনুং থোক্লবদি ? লেংখিবনা ফরে -

ইরাবত—হাঁ হাঁ — প্রজা মীয়ামসিনা ( মিং ইরা চেন্না ) চপ য়ুংনবু লেপ্লবদি সোইদনা মায় পাক্লে—"নিং তম্বগী অহানবা লালথৌ মীতৈ ঐখোইগী য়োখোক লাল"—ইবুংঙো মেরা ! ঐখোই চেনগদবা নত্তে মীয়ামগী মরক্তা চংশিনগদবনি, ফত্তবা পুম্নমক মীয়ামগী মাং থানা মায়োক্লনবা চংশিল্লো ।

তিনবীরিবা দেশবাসি মুংশিনরবা মরূপ পুম্নমক ! ঙসি - শোক ১৯৪০গী জানুয়ারি তারিক ৭( তরেৎ ) অসে মুমিং থানা লৈরিবা মখৈ মনিপুর ইতিহাসগী লমাইদা

মুংতনা লৈহৌরগদবা মীয়ামগী মুমিংনি। ঙসি মীয়ামগী য়েক্লবা অরিবা শাসন অসি মুথহনা;অনৌবা শাসন অঙনবা সমাজ অমা পুরক্লবা নিংতম্বগী অহানবা চংশিনবা খোংথাং-নি, নিংতম্বগী অহানবা লাহেলো — "য়োকখোক লালনি"। ঐখোই পুম্নমক ঙসিদগী হায়নবা ঙায়দনা মনিপুর শিন থুংনা মীয়ামগী ওইনা চংশিল্লসি, মনিপুরগী চীং তম মীয়াম পুম্নমকী অমত্তা ওইবা শ্লোগান —

"পূর্ণদায়িত্বশীল শাসন" হায়রগা মীয়ামগী অমত্তা ওইবা খোল্লাওনা

— "লিংগদবনি" হায়না খুম্বীয়ু

"মীয়ামগী য়েক্লবা বৃটিশ" হায়রগা—

— মীয়াম্না — "চংথ্রো চংথ্রো" হায়না খুম্বীয়ু

"মীয়ামদা ওং নৈবা ফত্তবা কাংবু" হায়রগা —

— মীয়াম্না "হনথ্রো" হায়বীয়ু।

"চীং তম ঐখোই মীয়াম" হায়রগা —

— মীয়াম্না "ঐখোই অমতনি" হায়বীয়ু।

"লৌমী শিনমীগী মজদুরাজ" হায়রগা—

— মীয়াম্না "লিংগদবনি" হায়বীয়ু।

"আইন অমান্য আন্দোলন" হায়রগা —

— মীয়াম্না "চংশিনসি" হায়বীয়ু।

"সরকারগী হুকুম ঙসিদগী" হায়বনা —

— মীয়াম্না 'ইল্লরোই" হায়না খুম্বীয়ু।

"বন্দে" হায়রগনা —

— মীয়াম্না "মাতরম" হায়না হায়বীয়ু।

[মীয়ামগা হুয়া হয়া লাওরিঙৈদা কুলবিধু ফিংনা চেনখো কখি। ]

মীয়াম —( শ্লোগান খুমদনা ) হাংলয়ো হাংলয়ো নখোইনা ওয়গা হাংলো লাও।

কুলবিধু – ( মপান্দা মখুৎ চাবা শিংজা পায়না ) লৈবাক মচা পুন্নমক ! মায় লৈনবনুসি চেনবীগন্নু – কিক্কন্নু চেম্লুন্নু —

মীয়াম – হাংলো, হাংলো, হাংলো ।

[ ইরাবত উপুদগী বুমথদুনা প্রেসিডেন্টগা মীয়ান্মু য়েংদুনা লৈ। রাকোক পায়বা সিপাইশিংগা শিংজৈবাক পায়বা মীয়ামগা থাংগুম হাইনদুনা অমগা অমগা কুনদুনা শোক্লয়ে। তোম্বী সুবেদার মকোক কায়দুনা ঈনা পুমতাং তাংনা মিটিং তোকমদা হায়রংনা চেনশক্কুনা তুরে নোংমৈ পায়বা সিপাইনা ইয়রক্কুনা শেন্নবগা তাকই ।
ব্লেঙ্ক ফাইয়ারগী হুকুম তৌদুনা নোংমৈ পায়বা সিপাইশিংনা ব্লেঙ্ক ফাইয়ার তোইনা তৌই ।
কুলবিধু শিংজা পায়না খুনা চংলকপদা ডারোগাশিংনা ইয়রক্কুনা –]

ডারোগা — অদোমগী মিং – শ্রীলাইক্রম কুলবিধু সিংহ নত্রাও ?

কুলবিধু – মানি করিগী ওইরবনো ?

ডারোগা – শিংজা অসি মুল্লু ।

[ পুলিসশিংনা মুনগে তৌই । ]

কুলবিধু – মুক্লবস্থ লৌবীবা য়ানি ।

( পি, পুলিসনা লৌশিল্লি )

ঐবু হংবীবদি করিগীনো ?

ডারোগা – [ ফাইন ফাক্ত্না য়েংলগা ] নহায়োলগী মরু ওইবা কর্মি লুচিংবা সেগালরাগী শ্রীলাইরেম কুলবিধু সিংহ ইবুংঙোনি

কুলবিধু – ঐনি করিগীনো হংজরিবহুনি ?

ডারোগা আই. পি. সি. সেক্সন ১৮৮ গী মতুং ইল্লা কাহুনা থা ৪ ( মরি ) জেলগী হুকুমনি । হুজিকমক চংশা তারে – ফাজিল্লু ।

( কোয়েং ওাংবা পুলিসশিংনা কানবা থৌরাং তৌই ।

কুলবিধু – হাঁ – ফাদ্রবস্থ ইশানা য়ারি নথোইগী মাং থানা ঐ চংকনি, ঐ চেল্লোই ।

খুরাইবুংঙো ! ঐ চৎচরুখিগে নৈবীহোখো ! [ লুচিংবশিং, লুচিংবীশিং পুম্নমক চংলক্তুনা বা ওাংবদনা উনয়ে । ] ময়াম পুম্নমক খুরুমজরি – ঐ চৎচরুখিগে ।

লুপীশিং – হালক্মো ইবুংঙো । ইমাথোইস্থ লাক্লগে ।

( মখুৎ লোয়হুনা খুরুম্মগা ডারোগাশিংগী মাং থানা পুলিস-শিংনা পুংকোই কোইনা তুং ইরহুনা তপ্না তপ্না চৎল্লে । তোম্বী স্থবেদারস্থ সিপাইশিংনা শমহুনা চৎল্লে । )

ইরাবত — [নুংঙাই পিয়াং চেয়া ]  চংশিন্নু — চংশিল্লসি ঙসিদগী
ঐখোই ফ্রিদম ওইরে। মতম কুইনা মীখা পোন্নুনা মীনাই
ওইরম্বা নিং তমলে। মথংগী মীরোয়া — "অনেম অয়াং
লৈত্তবা সোসিয়েলিজম সমাজ ওইনবা" — ঐখোই পুন্নমক
অমত্তা ওইনা, গনতান্ত্রিক সমাজবাদকী মপুং কাবা শক্তম
থুনা উননবা খোংথাংদা, মথং মথং চংশিল্লসি—"বন্দে"
মীয়াম — "মাতরম" ।

থংলোয়না হয়া হয়া লাওত্তনা

## ৫বা উৎপা

## "দুকানগী সোরোক"

মাইকনা মপ্মিদৌদা — য়েংবীয়ু — মিংয়েং তাবীহৌ - "গোপাল কৃষ্ণ" মনিপুর প্রজাগীদমকতা অখন্নবা চেনথোকচবা ফিলম (সিনেমা) অয়াম্বা টিকেট লৌগ্রে। ঙসিদগী চোম্বনা উৎল রোই নিংঙম্বীহৌরোই।

কল্পাই + তোমালনা — ফৈজোম কৌতক্লা শেং.

ঙবোং মচা অমমম ইন্দুনা

লুচিংনা নহারোন ময়াম্না —

সিনেমা তৌবা য়ারোই, সিনেমা তৌবা য়ারোই। মাইক খোংবা লেপ্পু, মাইক লেপ্পু। এখোইনা হন্না হন্না হায়জবা য়াবীয়ু। ইচিন ইনাও! ইচন ইচে পুম্নমক! লেংবীরো লেং-বীরো—সিনেমা য়েংবীবা য়ারোই।

(মাররারী বাবু মচা ফিংনা সাইকল তোংদুনা থুনা চংখি। লাকপনা মাং থা তোম্বা পাম্বোমনা মরেংবান্দা খুদৈ অশংবা অমা য়ান্দুনা তুংইন্না লাক্লগা)

লাকপা— করিগীনো হে তোম্বা! লাংলিবা অসিবো।

টিকেট ফংহৌরোই নং হান্না খরা থুনা চৎলুনহে।

( তোম্বনা মাং থানা থুনা চৎপদা )

কহ্নাই + তোমাল — সিনেমা য়েংবা লাকপীবা পুন্নমক।
লেংবীরো লেংবীরো সিনেমা য়েংবীবা ম্নারোই।
( তোম্বা হন্না য়েংই )

লাকপা — করিনোনহে তোম্বা! হায়রিবসিবো ? মকম মকম পুন্নমক্তা ইরাংতা হেক লাংলদুনা। ঙহাক্তা পোথাগে লাকপদা।

কহ্নাই + তোমাল থোরক্লুনা -
খুরা ইবুংঙো। কদোম লেংবীদোরিবা ?

লাকপা — ইবুংঙো কহ্নাই! অমদি ইবুংঙো তোমাল নত্রা ? ঙহাক সিনেমা য়েংদুনা পোথাগে লাকপনি।

কহ্নাই — ঙসিদি হনবীরো কয়া নুংঙাইররোই।

লাকপা — কদোরে ইবুংঙো। করিগীনো ?

তোমাল — লৈবাক্কী অরা অনা তারিবৈ মতম সিদা মতম থরা সিনেমা লেপ্লীনবা ঐখোই নহারোল মযুম্না হায়জ্রি।

লাকপা—হাঁ—হাঁ - থংদেদা ইচাশা! নখোইনদি ঈ শাবিবা নহারোল ঙাক্লুনিদো। ভারত শিনবা থুংনা অচৌবা ঈহৌ অমা হৌরকপা অসিদা ইরাবতনা মিংচং তানবগী নখোইনা মচাক ওইরি।

তোমাল - কমদৌনা ?

কহ্নাই - চেং চানিংঙাই ফংত্রদুনা মীয়াম্না চরা হেনবগী মুপী লাল হৌদুনা মুপী নিপা কয়া ফাদুনা জেল তারিবা অসি মিংচং তানবগী মচাক ওইরেকো ?

লাকপা শাওনু শাওনু ইবুংঙো কন্নাই । ঐখোই মীতেসে খরা পংমল্লি – অহুন দযা তাক্তবনি। পংদ্রনে ইবুংঙো তোমাল ! য়ানিংদনে ?

তোমাল ফৌ শংবাইদা শিকি পিবন নুপা অনি য়ৌরিবা; চহি অমগী ফৌথোক্লা চহি অহুম চানবা ওকপা ফৌবু পোইনু থাদা ফৌ মরু অমা ফাওবা উবা ফংদ্রিবা মীতৈ মযাম চরা হেন্নরিবা অসি মীতৈ ঐখোইগী পংবগী দযা ওইরেকো ?

লাকপা – নত্তে হায়গেরো ? শিকি পিরিঙৈ মযুম মযুমগী চহি অমগী চানবা ওকুবা ঙাননা কোক কোক রানশিন্দুনা পুল্লপ পুল্লপ হেক থমজিনগেদি হায়দে । নোংমা নোংমগী নোংমগী কৈথেল্দগী লাত্তে লাত্তে চাদোগুম চারোইদোগুম মশানা বাক্তসি ঙায়দনা —

তোমাল – নুংঙাইদা – নুংঙাইবা মীনা অরা মশক খ'দে লেংবীরো লেংবীরো মতম মাংনবনি । মীতৈবু লৈখা তানবা শিনবীনু – লেংও-লেংও

লাকপা – নখোইনা তান্দ্রবস্তু চংকনি । নখোইগী ভাব তানবা হায়বীবনি ইজাতীবু নখোয়না কেন্না নুংশিবা নত্তে । লৈবাক কন্নবা লৈবাক য়াইফ নুংঙাইনরা নিংথৌগী অঙম্বা অমনি ঐস্তু ! মতমগী ঈপাং, মতমগী খোংলৈ মুম্না থংবা পুম্না ফাওবা ইথুক্তা পায়রিবা নিপা অমনি ।

মাল – ফনবু তান চারে – থুরা ইবুংঙোনা সাহেবতা পুম্না লপ্তোন্দুনা সমুদ্র রাংমা লণ্ডন্দা মীতৈগী মনি পৈশ্রে। থুরা ইবুংঙোনা ইজাতীবু নুংশিরীবনা মীতৈ পুম্বদি মমিং

তাংহল্লি মনা পংহল্লি ।

লাকপা – ইয়া – য়া –

অনিনা – লেংগ্রো - লেংও – লেংও –

লাকপা – ঐখোয়না সিনেমা য়েংবীদ্রগা চেং হোংনি হায়রবদি মপোক সিমগীবু সিনেমা য়েংবিরোই । সিনেমাগীদমক অস্থক য়ায়া তিল্লিবা মীয়াম অসিযু মবুক্তা চাক য়াওদনা য়াব্রিও ? মখোয় খরনা মথিবোং চানিংঙাই লৈজত্রগা হেক লাংঙদ্রনা –

তোমাল – ইবুংঙো ইবোতোম্বী ! ময়ামদুবু চংলু য়ানদ্রব্রা মী অস্থম অস্থম হেনগংলক্লিবা অদুবো ?

[ থুনা চংগ্রে । জিজ্যদা নোং চুবগুম নুং থানরক্লে । ডরোগা সিপাইশিং চেনশনখ্রে । ]

লাকপা — মতা অমনিহে তোম্বা ! কুম্মৈ য়েংবা লাল্লোইনৈ হায়দুনি লাকও চংলসি ।

( চংখ্রে )

ডারোগা – চংলো - চংলো ময়াম হমখ্রো ।

( কোয়েং অঙাংবা সিপাইনা মী তাম্বোরকপদা ব্রাহ্মন অমা শরাম্বা শোল্লুবগী মপোং মচৈনচিংবা ফিরোন পুহনা হনজরকপদা – )

ব্রহ্মন – কৈদৌনরবগে লাংইবা সিবো ? লম্বীসি চংপা য়ারোই-দৌরিব্রা ?

সিপাই—কদায়দগী পোংচৈ ময়ামনো ? লাংঙৈদা হুকান্দগী পোংচৈ হুহৌরিব্রা ?

ব্রাহ্মন এঃ এঃ ইবুংঙো বাবু ! ঐ শরাদ্ধা শোনবা চৎচরুবনি,
শরাদ্ধাদা হাপ্পা ফিরোননচিংবা পোৎচৈ ময়ামনি ।

সিপাই – কদায় য়েংগে লোইনা পুথোরকউ ।

ব্রাহ্মন ইবুংঙো বাবু ! সিনিসে হুকানগী মাল অমত্তা য়াওদে ।
সিনা চন্দোন উপু, সিনা ফিরোন খুদৈনাচিংবা অশিবগী লাইদা কৎপা ।

সিপাই — অহাও অখুম অসিদি ? [ লৌহুনা চারগা ] মীথাই য়োনফমদগীরা ?

ব্রাহ্মন — কদায়দগী কদায়দগী লাইগী হৈরুক ঙাক্তনি ।

সিপাই — অমবু ওইরে অমবু ওইরে থানা ঙহাক য়োবা তারে ।

ব্রাহ্মন — এঃ করি রানো ইবুংঙো বাবু ? ঐ ব্রাহ্মননি পুরোহিতকী থবক তৌরুবনি । মীগী মপোৎ অমত্তা নত্তে ।

সিপাই — হুরানবনবু ঐ হুরানবনি হুরানবনি হায়বা হৌনব্রা ?
থানা য়োদবা য়ারোই । ( খুদৈ ফিরোন য়েংদুনা )
ফিশিং অসিদি য়াম্মা ফৈনা !

ব্রাহ্মন – য়াম্মা ফৈ ইবুংঙো বাবু ! য়াম্মা ফজনা কৎপ্রে ।
ফিরোনতা নত্তে সেনস্থু য়াম্মা থাপ্রবা শরাদ্ধনি !
ঐ মক্তদা দক্ষিনাগা থারগা লুপা ৩০ মুকনি ।

সিপাই –- কদায় সেনদে ?

ব্রাহ্মন - (ফিজিদা কিবা লৌথোক্তুনা য়েংহল্লগা) সিনিসে য়ামপ্রবা পয়সানি ইবুংঙো বাবু ! য়াম্মা চাওনা সোনবা শরাদ্ধনি ।

সিপাই—সেন সিগা ফিশিং অসিগা থনম্মো নশা চৎপ্রো চৎলু ।

ব্রাহ্মন – শন্দ্বননা হুৱাই মতোন চাব। তাহনবীনু বাবু! ডাক
শেনবীরিবা বাবুখোইনা ঙাক্লিবা পোং মাংহনবীনু।

সিপাই—মাংগদবা নত্তে থানাদা থমগদবনি। নশা অহনস্নু
ওইরবা ব্রাহ্মননি মীনা উরগা ফজ্জদে লেংও লেংও।

ব্রাহ্মন – উম – ইবুংঙো নংবু? মাল্লিদা – মানিদা – নংমু
পোকপা পাবুংহুবু?

সিপাই—ঐগী পাবুংগী নামদি শ্রী ....

ব্রাহ্মন উং মানিনে....নখোইদি ঐগী জজমাননি।ঐদি নাখোইগী
পুরোহিতনি নং মক ঐঙোন্দা লাইমিং লৌখ্রিবনি
নং ঐগী সেবকনি, ঐ নংগী গুরুদেবনি।

সিপাই অজ্ঞাবু! "চুহি চাবা খুতুং ইল্লি" হায়বগুম মহাও
খংগ্রবা থবকনিনা অফ ফগু। রাখল খনদে তেক্তা চংথৈ,
ইথৌ ওইনা হৈনবা ওইগ্রে। গুরুদেব। চরন শোক্লা
খুরুমজরি।

( খুরুম্মি )

ব্রাহ্মন – হৌগৎলু হৌগৎলু অতো। তৌদৌনি, মীথোই মীহে
রবা কল্লা হোৎনো—তৌবদদি – নংগী লৈজবা পুম্বা শ্রীকৃষ্ণদা
কংতুনা শ্রীকৃষ্ণগী পৃতীগীদমক ব্রাহ্মন ঐঙোন্দা চংজো।

( মকোক্তা নানবী। )

---

# অরোইবা উৎশা

## ঙস্ফাল জেভা

থোংদা নোংমৈ পায়বা সিপাইনা ভাক্লি। ফাদোক্না কোল্লু ইন্দুনা থাও শুপ্পি। রাতুনা মপাঙ্গল চোকথরক্তুনা ইনবা ঙমদা ইল্লিবা মচৈদা মকোক ভাতুনা ছমাং তানা লেকথতুনা লেপতুনা রানা খাংলি। পান্নারিবা রার্ডরশিংনা পায়রিবা লিচৈনা ফাদোকশিংগী মথুন্দা শেং শেং কুবদগী অমুক থুনা ইল্লি।

ফাদোক ময়াম মন্নুংদা —

[ i ] মীনা থাও শুম্বা - তোকহল্ল।

[ii] লমহাংদা চাক পীজবা - চারোই।

[iii] চাক চাকম শং - থুনা শাও।

[iv] চাবা ওক্লবা —পীগদবনি।

[v] চানবা পুখম তেঙ্গোং - শুনা পিয়ু।

[vi] তৌরাদা হাপ্পুনা পিজবা চারোই।

[vii] চাক য়েনশাং - তোংভান হাপ্প।

[viii] ফাদোক ঐখোইস্নু —মীনি।

[ix] শাঙম খনবা —মারোই।

[হন্না হন্না লাওরি]

বার্ডর ১মা- হৌরক্লেদো — তানিংখিদ্রেদা ।

বার্ডর—২ বা - মথরাই হেক মাংহন্দুনা, মরু অসি হেক কুক তোকথ্রগা মরম্নাই তুমিম্না হেক লৈজখিনি ।

( মখোংগা থ্রাংগা পানা য়োংহিল্লং থাংবা অমম্তুং মখোংদা য়োং খোংজীদা শিবা ফাদোক খরা লাওনা লাওনা চংলক্কুনা — )

থাও শুম্বা — হৌজিকমক লেপ্পু!!

[ থাও শুম্বা লেপ্লি, বার্ডরনা ফুহনা শুম্মি । ]

বার্ডর ১মা - নখোই করিগী, কনাগী হুকুমনা মফম 'সিদা চংলক্লিবনো ?

ফাদোক ময়াম - ইরাবত মেম্বরগী হুকুমনা। শুমগনু লেপ্পু।

বার্ডরশিং - কনা মেম্বর ? ইরাবত? হাঁ-হাঁ-হাঁ লমহেনগনু।

( শুমমম্বা ফাদোকশিং মফম থাদোক্কুনা ফাদোক ময়ামগী মরক্তা চংগ্রে । )

নফম নফমদা থুনা হনগ্রো নত্রবদি লিচৈশি উত্রা ?

ফাদোক ময়াম— হাঁ হাঁ হাঁ মপু ঐখোইদা মীনাইনা হুকুম ?

বার্ডরশিং — ইয়া য়া করি হায়বা ? কনানা মপু ?

ফাদোক ময়াম পোংহনা —

ঐখোয় ! জেল থানা অসি ঐখোয়গী, ঐখোয়না মপু ! নখোইনা ঐখোইবু শংবা ঐখোইগী মীনাই ।

বার্ডরশিং — লমহেনবা শারদনা —

( লিচৈনা ফুগে তৌবদা )

ফাদোক ময়াম — নত্তিক লৈরগা অত্থুক ফু ফু ? নথরাই মাংনিংঙ্গ্রবদি চংলু — নবুংঙোশিং অত্থুদা তমজরু চংলু। চংঙ্গ্রো চংলু —

(ময়াম চংহুনা অমগা অমগা ইন্নতুনা ইম্বোকলিচে ইরাবতনা মাং থা ফাদোক নিপা নুপী, ঙারোপাশিং, জেলরনা চিংবনা ইকোই কোইশননা য়োমডুনা থোরক্লগা) —

ইরাবত — ইচিন ইনাও পুম্নমক। ঙাইহাক্তা ঙাইবীখো।

ফাদোক ময়াম — (হন্থহুনা) করি তাকপীগদবা ?

ইরাবত — শাওবীগনু — তানবীরিবা দাবীশিং ফংননবা, জেলগী অওং অনৈ কয়া খাংবীরম্মু। ঐ মতম খরদং ময়ামদগী বিদায় লৌজরি।

ফাদোক ময়াম — কদায়দা লেংদোরিবা ?

ইরাবত — ঐ সিলেট জেলদা চংকবা তারে।

ফাদোক ১ মা য়ায়া নুংঙাইতনা—
ঐখোয়গী নাক্তা লৈবিনিংদতুনা লেংবা তারবা ?

ইরাবত — নত্তে নত্তে — মণিপুর গভর্ণমেণ্টনা ইম্ফাল জেল অসিদা ঐবু চহি অহুম শুনা থমনিংঙ্গ্রে। সিলেট জেলদা পুরি।

ফাদোক ময়াম — মহ য়ারোই — ফাদোক ঐখোই ময়াম হিংলিঙৈদা পুবা য়ারোই। [ময়ায়া কোইশন্দুনা) লেংবা য়াদে — ঐখোইনা শিগ্রগা, ঐখোইগী অশিবা হকচাং মথক্তা নেংতুনা পুসন্থু।

ইরাবত – ভাইবীখো – ময়াম পুম্নমক তপথবীয়ু – মখোয়না ঐবু পুনিংবা মকমদা পুজসনু । মখোয়না — মরু ওইনা ব্রিটিশ গভর্ণমেন্টনা খনজবা শাই —

ঐখোই মীনাইনি শোক ১৮৯১ ইংদগী মনিপুরগী নিংতম্বা মাংখ্রে । মনিপুরগী প্রজাশিং অমুক হন্না মঙক হায়গৎপা ভমলরোই । মজাতীবু নুংশিবা শহিদশিং লোইনা মাংহনখ্রে খনজবা শারি । অদুবু — শোক ১৯০৪ ইংগী মীতৈ নুপীশিং, লৈমা শামুজাওবীনা লুচিংদুনা নুমিৎ তাত্রবা ব্রিটিশগী "হাপ্তা বাংলা" মৈ থাদুনা মনিপুরগী থৌনা ফরবী নুপী ময়াম হৌদুনা সাহেবপু কোইশিন্দুনা কারগা প্রজাশিংদা "কলেকটিভ ফাইন" তৌবা হুকুম নমদুনা ককথৎ খিবা – "অহানবা নুপী লাল" হায়না খংনরি । মদুগী মথং ওইনা শোক ১৯৩৭ ইংগী "খোংজাই লাল" – শোক ১৯৩০ – ৩২ ইং ফাওবগী "কবুই লাল" অসিগী মথক্তা ভসি ঐখোইগী মাংদা তারিবা থংনবা চহি ১৯৩৯ ইংগী অনিশুবা – "নুপী লাল" – লালশিং অসে বৃটিশগী মায়য়োক্তা চাংংতম অনিমক্তা থৌনা ফনা হৌথেংনদুনা তুংগী মনিপুর ইতিহাস শেমগৎলক্লি । মখোইনা মাংহনবা মতিক নত্তে ।

ইচিন ইনাও পুম্নমক ! ঐবু মতম খয়দং পীনবীরো বিদায় !!

ফাদোকশিং — শিরবা ঐখোয়গী হিংহনবীবা ।
নং লাইপোকনি । জয় ইরাবত মেম্বরগী —

ইরাবত—নত্তে নত্তে -
জয় মনিপুর মাতাগী —

মরাম — জয় ! !

[ প্রজা সনমেলোনীগী কাংবু মপান্দগী ]

লাকলো লুচিংবা ! মীয়াম্না ঙাইরি নহাকপু—

শায়বাশিংনা — প্লেয়ার অমা ওইনা ।
আর্টিষ্টশিংনা —ড্রামাটিষ্ট অমা ওইনা ।
লেখকশিংনা — কবি অমা ওইনা ।
রাজনিতি কাংবুনা —রাষ্ট্র সেবক ওইনা ।
কমিউনিষ্টশিংনা —বীপ্লবী কমরেড ওইনা ।
মীরৈবাক চানা —জন নেতা ওইনা ।
মুপীশিংনা — লুচিংবা অমা ওইনা ।
অহল লমনশিংনা — ধর্ম্মপতি ওইনা ।
লৌমীশিংনা — প্রেসিডেন্ট ওইনা ।
মীয়াম প্রজানা — নেতা ওইনা ।

প্রজা সনমেলোনীনা পুন্সিগী লোয়নবা মরুপ ওইনা—;

মীয়াম্না খুংশমনা থিনজরগে
সিলেট জেল কমনা
কায়না য়াথং লৌরো ।।

জয় মীয়ামগী নেতা ইরাবতকী —জয় ।।

( ময়ামগা অমমমতা ওইনা খুং লোয়না শেংলবা থম্মোইগী কায়না য়াথং লৌরগা, ফাদোক্লাচিংবা নুপী ময়াম্না, কায়না মৈশা খাংনা পিরাংননা য়েংহৌনা, সিপাইশিংনা পুন্থন ইরাবতনা তপনা তপনা চংখিবগা লোইননা তপনা তপন স্ক্রিন চিংশিন্দুনা — )

লোইরবা

---

# অইবগী ড্রামা লাইরিকশিং

## কোংজঅবা

১। চিংগু খোংনোংথাবা
( স্নামহি কোলু-রৈথাগবা )
২। নরসিংহ।
৩। শিজ লাইওইবী।
৪। টিকেন্দ্রজিৎ।
৫। পামহৈবা।
৬। মনিপুর লৈশেম্বা।
৭। গম্ভিরনেরাজ (পুয়া মৈথাবা)
৮ চয়াইরোংবা।
৯। পাওনা।
১০। লব কুশ (রাম-রাজ্য)
১১। ইমা (মক্সিম গোর্কিগী)
১২। অভিমন্যু।
১৩। হেঞ্জুনহা।
১৪। খমনু ( থোইবী )।
১৫। খাই কেক্রু।
১৬। য়াইথিংকোন্থ।
১৭। ভাক্তক অমগী লিলা পরেং।
১৮। শায়োন অহুম।
১৯। রেডিওগী ড্রামা পরেং (অনিশুবা শরুক)
২০। চৌংথা শাংপী।
২১। ধর্ম্মগী জয়।
২২। লুপী লাল।

## কোংজজিবা—

১। চন্দ্রগুপ্ত (হন্দোকপা)।
২। ভক্তরাজ ( হন্দোকপা )
৩। পান্থোইবী।
৪। খম্বা-থোইবী (দান্স ড্রামা।
৫। লমন খুম্বা।
৬। কৌরব মায়থিবা।
৭। মাধবী।
৮। মীয়ামগী নেতা ইরাবত।
৯। গোমতী মহারানী।
১০। অমিনা।
১১। ছুই গোসাঞ